# পোৎশঙবম শাগৈগী মৈহৌবরোল



পোৎশঙবম শাগৈ অপূনবা লূপ

# ৱাৰোল খরা

পোৎশঙবম শাগেগী হৌরকফম ওইবিবা চীংজেং নাবল থোংনাং পাঙ্গনবা ইবুধৌবু থৱায হকচাং যাওনা নোল্লুকনা খুকমজবগা লোযননা লৈখিদ্রবা অমদি লৈবিবা শাগেগী ইবুধৌ/ইবেনধৌ, ইপা-ইপল, ইমা-ইবেল, ইচিন-ইনাও খ্বায পূন্নমক্কী মফমদসু ভক্তি কচ্চবি।

ঐহাক্সা নহা ওইরিঙৈদা ইবুধৌ পাঙ্গনবা হাযনা খঙনবা ক্বাকৈথেলদা লৈরিবা ইবুধৌগী খুভমদা চহিগী চাকলোন কৎপদা পোৎশঙবমনিদি হাযবগা চাকলোন কৎপদি যাওদবা অমদি যুম্মাং কৈমাং থোকপদা যুম্মাংপাউ তাক্লদবা অমদি পাউ পীনদবা পোৎশঙবম ইপা ইচা কযা অমা লৈবিবসি কবিগীনো হাযবা ৱাহং অমা ইশা ইতোমতা হংজখি। পুন্সিগী তোঙান-তোঙানবা ফিভম অমদি শিক্ষমদা মায ওনশিনখিবনা হাযবিবা ৱাহং অসিগী পাওখুম থিজবা ঙমখিদে।

অদুবু থবক্তগী পোথাববা মতুং অমদি ইমুং মনুংগী থৌদাং খবা কোমলকপদগী ইবুধৌগী মশাইগোন্দা চঙজদুনা নহা ওইবিঙৈগী ৱাহংদুগী পাউখুম থিবা হৌবকখি। ঐনা থিজবকপদা ঐখোয পোৎশঙবম শাগেগী লাইফমনি হাযবা মণিপুরগী মনুংদা খুভম অহুম (১) লাই অহল (২) লাই মনাও (বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট) অমদি (৩) ইবুধৌ পাঙ্গনবা ক্বাকৈথেল অসি থেংনখি। হাযবিবা খুভমশিং অসিদা ল্যাৎলিবা অসিসু ইবুধৌ পাঙ্গনব ঙাক্তা ওইবমখি। শাগেগী অমম্বা তাঙ্কক্ তাঙ্কক্তা অমত্তা ওইবম্বদগী খুভম অহুম অসি থোকখিবনি অমদি ঐখোয ইপা ইচা ইচিল-ইনাওশিংগী মবক্তা তোঙান তোঙান কাঙলুপ খাযদোক্লদুনা তোঙান-তোঙানবা খুভম শেমনদুনা অতোপ-অতোপ্পা শাগেগুম চাকলোন কৎপা চঙনদবী, যুম্মাংপাও তাক্লদবী অমদি মচিন-মনাও ওইনা থন্নদবগী যাম্না খাঙমদবা মওং অমদা থেংনজখি। মতাং অসিদা ঐগী নহা ওইবিঙৈগী ৱাহংগী পাউখুমদি ফংজবে।

খাঙমদ্রবা চৈনা অসিনা ইথিল পীদুনা ঐখোয পোৎশঙবম শাগেশিং অসি ইপা-ইমা অমত্তদগী হৌবকপনি, ঐখোয অমত্তনি, কাঙলুপ অনি অহুম শুদে অমত্তনি হাযবা কল্লবা শাফু অমা ঐগী থম্মোযদা ফাওখি অমদি মসিবু

থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমহনবীযু হাযনা ইবুধৌদা থৌনিজবগা তপ্না-তপ্না কাঙলুপ খুদিংমক্কী ইচিন-ইনাওশিং উনদুনা অমত্তা ওইবগী ইহৌ অসি শাগৎলকখি। মতাং অসিদা ঐহাক্না যান্না নুংঙাইজবা অমদি পেঞ্জবদি মপাম্বোংদা তোখাই তোখাই উজববসু থম্মোযদদি ঐখোয পোৎশঙবম শাগৈসে ঈ অমত্তগী মচা-মশুশিংনি ঐখোয অমত্তনি হাযবগী ফজববা লূববা ইচেল অমা কাঙলুপ খুদিংগী ইচিন ইনাও খুদিংমক্তা চেল্লমল্লিবা অসিনি।

অসিগুম্বা ইচেল অসিনা অচৌবা আশা অমা পীবিদুনা ইং শোক ২২।০১।১৯৯৯ কাংলুপ খুদিংমক্কী ইচিল ইনাওশিং যাওবা "পোৎশঙবম শাগৈ অপুনবা লুপ" হাযবা লুপ অসি শেমখি অমসুং ঐ ইশামক্তা প্রসিদেন্ট অমদি শ্রী জদুমণি সিংহ (ক্বাকৈথেল মোইবাংপুবেল) না সেক্রেটবি ওইনা থৌ পুখি। লুপ অসিনা হোৎনজদুনা অপুনবা মিটিং কযা মফম মফমদা পাঙথোক্লুনা, আসামগী কাছাব ফাওবা চত্লুনা, শেমীনাব পাঙথোক্লুনা অমত্তা ওইবগী বাখল অসি ঐখোয পোৎশংবম শাগৈগী ইপা-ইপল, ইচিন-ইনাও পুন্নমক্কী পুক্নিংদা ফাওহনবা ঙমজবগা লোযননা শাগৈ অপুনবগী ওইবা পুযা অসি ফোংজনবগী তাঞ্জা ঙসিদি ফংজবে। পুযা অসিদগী ঐখোয পোৎশঙবম কদাযদগী হৌবকই, ঐখোযগী ইপা-ইপু, যেক শলাই অমদি গোত্র কবিনো হাযবশিং অসি মযেক শেঙনা থংবা ঙমলগনি হাযনা থাজে।

অবোইবদা শাগৈ অসি পুনশিন্নবা অমদি পুযা অসি ফোঙনবা পাঙ্গল-লৌশিং মতম অমদি লোলগী চিংনবা লৈতনা হোৎনখিবা, শেল অমদি পাউতাক কযা পিবিবকখিবা মণিপুবগী মনুং অমসুং মপানগী ইপা ইপল ইচিন-ইনাও পুন্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি অমদি ফোঙলিবা লাইবিক অসিনা শাগৈগী মৈবা ওইদুনা লাক্কদৌরিবা ঐখোযগী চাদা নাউদা ইচা-ইশু কযাগী শক্তম তাকপীগদৌবিবা লেংদ্রবা পুযা ওইহৌবসনু হাযনা ইবুধৌ চীংজেং নাবল থোংনাং পাঙ্গনবগী থুযা থাদা থৌনিজবি।

ইম্ফাল
৩।১০।২০০৩

শ্রীপোৎশঙবম তোমচৌ সিংহ
ক্বাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# শাগৈগী ইচিন-ইনাওশিংদা

মতম কয়াগী মমাঙদগী পোৎশঙবম শাগৈগী ওইবা লাইরিক অমত্তং পুথোক্লুনা মীযামগী সেবা তৌজগে খঞ্জরকপদু ঙসিদি মঙফাওনরে। ঈচেল চাউবা তুবেললনা প্রকৃতিগী খুৎশেম তুংইন্না ঈরোং কয়া থোক্লা চেনবগুম হৌরকফম অমত্তা ওইবা পোৎশঙবম শাগৈগীসু মাযকৈ ফাংনা চৎনখিদুনা অমগা অমগা ঈ অমতগী মচা মশুনি খঙনখিদে। শাগৈদি মান্নবগা অমগা অমগা লোইনা খঙনদবা অমদি "ফূ" কাযনদবা যাওবকপগী চৈথেংনা শাগৈগী ইচিল-ইনাওগী থম্মোযদা তত্তনা নীংঙমদবা চৈনা পীদুনা লাকখি। চৈনা অসি খাঙবা ঙমদবদগী শাগৈগী ইচিল-ইনাও পুনশিন্নদুনা হৌরকফম থিবা হৌরকখি। মসিগী ঈহৌ অসিদা কল্লবা ঈনোৎ হাম্পীদুনা লমজিং মৈরম্ন পাযবীখিবা ক্বাকৈথেল তাবা পোৎশঙবম তোমচৌবু শাগৈসিনা মূৎত্রিমখৈ কাউঙমদনা লৈহৌরগনি। মহাক্কী লিচিং মখাদা মণিপুর অমদি মণিপুরগী মপান্দা লৈথ্রবা শাগৈগী ইচিন ইনাওশিংদা থম্মোযগী অশেংবা পাউজেল থাজদুনা, গাড়িনা চৎপা যাবা মফমদা চত্তুনা অমদি পৈশাগী মতেং লৌদুনা শাগৈগী ওইবা মীফম কয়া পাঙথোকখি। মীফমশিং অদুদা খন্নবা যাবা অমদি নৈনবা কয়া নৈনখি। খন্ন-নৈনবা অসিদা লমদমসিগী শক্লাইরবা পণ্ডিৎ কযাদা হাযজকবদগী থল্লায যাওনা শরূক য়াবিখি। খন্ন-নৈনরুবা মযামসি লাইবিক ওইনা ফোংদোক্লুনা ঈ অমত্তগী মচিন মনাওদি ওইবা, লাইগী খুভমসু তোখাইনখ্রবা পোৎশঙবম শাগৈগী মীওই খুদিংমক মমা-মপা অমত্তগী মচা মশুশিংনি হাযবগী ৱাখল্লোন অসি পোকহনবগী তঙাযফদবা লৈখি।

অদুবু ঈচেল ফাঙনা চেল্লুববা ঈচেল কযাবু অমুক পুনশিনহন্দুনা পাক্লবা ঈপাক অমদা তিলহনবিবিবা লাইরিক অসি মপোক কযাদা লমন শিংবা ঙম্লরোইদবা শক্লইরবা পণ্ডিৎ লাইফ্রাকপম অশোক্কুমার সিংহ অমসুং নাওরোইবম ইন্দ্রমনি সিংহগী খুদোল পোৎশঙবম শাগৈনা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

মতাং অসিদা ৱাফম অমত্তং থমজগে - ফুমদুনা লৈরুরবা ৱামৈনা মৈবি থোক্লা চাকখৎলকপগুম ফাথবা ঙমদ্রবা ইচিন-ইনাওশিংনা লাইরিক অসি যান্না থুনা ফোঙনিংবদগী অৱাৎপা, চিখবা কযা যাওবল্লবসু ঙাকপিনবা ঙক নোঞ্জবি।

অব্রাৎপা অমদি চুমথোক্কদবা কষা মথংগী খুৎনমদা নীংবা থুংহল্লগনি অমদি পৃকচেল চাউববা শাগেগী যুমথোং খুদিংদা লাইরিক অমমম খুদোল তমজগনি।

**ময়ামগী**

**পোৎশঙবম শাগে অপুনবা লূপ**

১। **ডাঃ পোৎশঙবম নীশীকান্ত সিংহ**
প্রেসিডেন্ট,
কাকৈথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

২। **পোৎশঙবম জদুমণি সিংহ**
সেক্রেটবি,
কাকৈথেল মোইবাংপুবেল, ইম্ফাল।

**মেম্বরশিং ঃ**

৩। **পোৎশঙবম বাধেশ্যাম সিংহ**
নাওবেমথোং, ইম্ফাল।

৪। **পোৎশঙবম ববীকান্ত সিংহ**
শীংজমৈ মখা তোমাল লৈবক, ইম্ফাল।

৫। **পোৎশঙবম কির্তি সিংহ**
খা পোৎশঙবম

৬। **পোৎশঙবম ইবোযাইমা সিংহ**
হাওবম মবক, ইম্ফাল।

৭। **পোৎশঙবম ব্রজবিধু সিংহ**
কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

৮। **পোৎশঙবম ব্রোজেন্দ্রো সিংহ**
হৈবাঙোইথোং, ইম্ফাল।

৯। **পোৎশঙবম ইবোতোম্বা সিংহ**
কাকৈথেল, খাগেমপল্লি পন্থা, ইম্ফাল।

১০। **পোৎশঙবম নিমচন্দ্র সিংহ**
হোদাম লৈবক, ইম্ফাল।

১১। **পোৎশঙবম দেবকান্ত সিংহ**
কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল।

১২। **পোৎশঙবম দামু সিংহ**
খা পোৎশংবম।

১৩। **পোৎশঙবম মিলন সিংহ**
উরিপোক, ইম্ফাল।

১৪। **অমসুং অতৈ অতৈশিং।**

---

## ঈরম শাথাম

| হীরম | | লামায |
|---|---|---|

| ইরম | লমাই |
| --- | --- |

---

# ১ ব্রাহৌদোক

মণিপুব ভাবতকি অব্রাং নোংপোক চিদাইদা লৈবা অপীকপা লমদম অমনি। লমদম অসি পীকচববসু মশাগী তোপ-তোম্পা মচৎ মনাৎ লৈজবা অমদি চহী লিশীং অনীবোমগী শাংলবা ইতিহাসকি পবিং অমা লৈজবতা নত্তনা মশাগী চপ চাবা অকক্লবা লমখৈ অমগী মনূংদা মশা মবোমদোম মনীং মখা তম্না লৈঙাকচদূনা লাকপা লমদম অমনি। লমদম অসি পৃথিবীগী লৈমাযগী নোংপোক নোংচুপ ফৈনা চিংলিবা লৈইগী অব্রাংলোমদা দিগ্রি ২৩° ১৫′ দগী দিগ্রি ২৫° ৪১′ ফাওবা অমসুং খা-ব্রাং যুংনা চিংলিবা লৈইগী নোংপোকলোমদা দিগ্রি ৯৩° ২′ দগী দিগ্রি ৯৪° ৪৭′ ফাওবসিগী মফমদা মণিপুবগী লমখৈ লৈ।[১]

লমদম অসিগী অপূনবা লমখৈগী পাক-চাউবা স্কোযাব কিঃ মিঃ ২২৩২৭ লোমনি।[২] মহৌশাগী লম্মীৎ তুমীৎকি ফিভম্না মণিপুবগী অপূনবা লমখৈগী শকক অসি চীংগী লম অমসুং তম্পাক্কি লম হাযনা চাউবাকনা শকক অনী থোকনা খাযদোকপা যাই। অদুবু চীং অমসুং তম্পাক অনীগী পাক চাউবা লমখৈ চাংদম্নদূনা যেংবা মতমদা চীংগী লমনা তম্পাক্কি লমদগী যাম্না হেন্না পাক চাউবা হেল্লি। চীংগী লমনা অপূনবা লমখৈগী স্কোযাব কিঃ মিঃ ২০৪৮৪ (মাইল ৭০০০) বোম ওইবা মতমদা তম্পাক লমগী শককনা সূপ্নতগী স্কোযাব কিঃ মিঃ ১৮৪৩ (মাইল ১০০০) বোমতনি।[৩] হাযবদি অপূনবা লমগী শকক ১২ থোকপগী মনূংদা চীংগী লমনা শকক ১১ বোম ওইবগা তম্পাক্কি শকক্লা সূপ্নতগী শকক অমবোমতনি।

মণিপুরগী তম্পাক লমগী শরুক অসি সমুদ্র ঈমাযদগী চাউবাক্লা মিঃ ৭৯০ বোম হাযবদি চাউবাকনা ফুট ২,৬০০ লোম রাংনা লৈ।[৪] মসিগী অরাংদা নাগালেন্দ, নোংচূপতা অসাম অমসুং মিজোরাম, নোংপোক অমসুং খাদা ম্যানমার (বর্মা) লৈ।[৫] ইতিহাসকি যাম্না ঙল্লিঙৈ মতমদা মণিপুরবু মসিগী অকোযবদা লৈবা লৈবাকশিংগী মীওইশিংনা তোঙান তোঙানবা মিং কযানা খঙনবম্মি। মণিপুরবু বর্মিজশিংনা 'কথে', আসামিজশিংনা 'মেকলে', বেঙ্গলীশিংনা 'মোগলাই' হাযনা কৌনবম্মি।[৬]

## ২ শলাইশিংগী পূরারী

মৈত্রবাক মণিপুরগী যিশু খৃষ্টনা পোক্লিঙৈ হায়বদি খৃষ্টগী মমাঙগী মতমদা লৈপাক অসিগী ওইবা মপূং ফাবা ইতিহাস অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা মপূং ফাবা ঙমদে। খৃষ্ট মমাঙগী চহীচা কযাগী মমাঙদা চীংগী লমশিংদা তোংঙান তোংঙানবা মীওই যুম্ফম কযানা খুন্দা লৈতাবম্বগী রারোলশিংদি লমদম অসিগী অরিবা খুৎই লাইরিকশিংদা মবাং কাযনা পল্লম ইবম্বা কযা লৈববসু মদুগী অকক্লবা চহী কুম্মশিং নীংথিনা পল্লমদবনা ইতিহাস অমা ওইনা শাগৎলকপদা অরাবা অমা ওইহল্লি। মবম অসিনা খৃষ্ট মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক রাথোক কম্যা লাই তীনগী রারী ওইনা অদূমক লৈ। পোইবে মৈত্রবাক্তা খৃষ্টগী মমাঙদা যেক শলাই খাযবমদে। হৌজিক মৈত্রবাক মণিপুরদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবিবা শলাই তরেৎকি মীওই কাঙলূপশিং অসি মতৌ কবন্না লৈসেম নোংশেমঙৈদগী হৌনা মথং মথং তাইবংমী শেমলকপা, মীওই যুম্ফম কযা চীং অমসূং তম্পাক্কি মফম কযাদা খুন্দা লৈতাবকপা অমদি মতৌ কবন্না যেক শলাই খাযবকপা হায়বনচিংবগী রাবী রাথোঙ, রাবম লীখূল শমলপনা মথং মথং পল্লম্বনা লমদম অসিগী যেক শলাইশিংগী পূরাবী নীংথিনা খঙবা ঙমগনি।

**তাইবংমী শেম্বা ঃ**

তেংবানবা অসিদা মালেম তাইবংপান, অরাংবা কোবৌ অতিযানচিংবা কবিমতা লৈত্রিঙৈ, অমম্বসু অঙানবসু ওইবিবা তেংবানবগী মপু চীংঙু কুরু শিদবনা মাগী মনিংশানা সনা তাঙবল ওইদুনা ফমফমলগা মালেম তাইবংপানবগী থরায

পূন্নমকপ্পূ পোকপীরিবী লৈমরেল শিদবীগা পূরিং থম্মোয অমত্তা ওইনা পূনশিন্নদুনা লাই অথোইবা চীংঙু কূরু শিদবা মহাক্তি সনা হকচাংনুংদগী লাইযিংথৌ অশীবা* অমদি মনাও কোজ্জিল তুথোকপা মচীন মনাও অনী পূথোক্লে। কূক শিদবা মহাক্স মালেম লৈসেমগে, তাইবং কূম্মে শান্নহনগে হাযনা মপূরিংদা থনবদগী মচানিপা অহল লাইযিংথৌ অশীবদা মালেম শেম্মু হাযনা থৌশীখি। লাইযিংথৌ অশীবনা মপা কূক শিদবগী মযাথং মতৌ কবন্না মালেম লৈশেমশিগে হাযনা ৱাখল ফুম্বংননা লৈবিঙৈ তেংবানবগী মপু মপা কূক শিদবনা মাগী হকচাং মনুংদা লৈবিবা লেঙলি পাল্লিবা, অচৎ চত্তা, থৱায পাল্লিবা, খোংলি লাউবিবা, নুমিৎ থা থৱানমিচাক, গ্রহ, উপগ্রহ পূন্নমকপ্পূ মচানিপা অশীবদা উহল্লবদা লাইজা তবং ঈপাকথক্তা মালেম লৈশেমলে।

লাইযিংথৌ অশীবনা মপাগী যাথং মতুং ইন্না মালেম লৈশেম্না লোইববদা মপা কূক শিদবনা অমুক নৌনা তাইবংমী শাউ হাযনা থৌশীবদগী মতৌ কবন্না তাইবংমী শাগদগে হাযবা খঙদবদগী অহানবদা যোং ৭ শাবে। মপা কূক শিদবনা শাবা লোইববা হাযনা হংবদা অশীবনা লোইবে হাযনা খুমলে। কূকনা যেংবদা মশক ফজদ্রে থীবে হাযবদা লাইযিংথৌ অশীবনা ঈকাইদুনা অমুক হংঙোই ৭ শাবে। মদুসু কূকনা তাইবংমী মান্দে ফজদে হাযবদগী হংঙোই ৭ না তমদা লৈহল্লে। যোং ৭না চীংদা লৈহন্দুনা চীংদা শলাই ৭ পোকপদি চীংগী মবোল লোনবা শাগে ৭ মক ওইখি। তমদা শলাই ৭ অমুক পোক্তুনা সাককপা, ৱানককপা, ককসুবা, তোনককপা, পিতিংকোই, লাম্বিচা, মোবিযা মখোয ৭ অসিনা অহানবদা পাল্লে। লাইযিংথৌ অশীবনা তাইবংমী শাবদা কূকগী মমি তমনা শাই হাযবদগী কূকমী হাযনা কৌখি।[৮]

**মৈতৈগী চককি মতম ঃ**

মৈতৈগী লৈসেম নোংসেমলোন, খুন্দা লৈতাৱোলগী ৱারী লীখুল পীবদা লৈসেম নোংসেমলোনগী মতমদা হক্সে মরিগী মতম খাযদোক্তুনা লৈ। হক্সে মরিদি (১) ক হক্সে (২) থোই হক্সে (৩) তয়ো হক্সে (৪) পোই হক্সে অসিনি। হক্সে মরিগী মতম অসিগী মনুংদা লৈসেম নোংসেম্ন, উ-ৱা, নাপী-শীংবী, শা-ঙা, তীল-কাঙ তাইবংপানবা অসিদা উরিবা লেঙলি পাল্লিবা খোংলি লাউরিবা পূম্না শেম্বতা নত্তনা তাইবংমী ফাওবা পোকললক শাংলকপগী তাঙকক অসি হক্সে মরি অসিগী মনুংদা লৈ।[৯]

---

* অশীবা - লাইযিংথৌ সনামহী

হাযবিবা হক্কো মবি অসি লোইববা মতুংদা চক মরিগী মতম অমুক লাকই। মৈতৈগী চক মবিদি (১) হযিচক (২) হযাচক (৩) লাংবচক (৪) কোন্নচক অসিনি। চক মরিগী মমিং অসি লাইরিক লাইরিক্কি ওইনা খেন্নবা থরদি লৈ। লাইবিক থরদা (১) হযিচক (২) হযাচক (৩) খুনুংচক (৪) লাংবচক হাযনা খাযদোকপসু লৈ। অদুবু সধারন ওইনা চক মবি খাযবা মতমদা (১) হযিচক (২) হযাচক (৩) লাংবচক (৪) কোন্নচক হাযনা লৌনৈ।[১০] হাযরিবা চক মবি অসিদা পাখংবা মরি পানখিবগী ৱাবী ৱাখোঙ পী। চক মবিদা পানখিবা পাখংবা মবিদি (১) হযিচক্তা লোইনাই পাখংবা নম্রগা পাখং যোইবেম্বা (২) হযাচক্তা লৈনুং লোঞ্জা পাখংবা (৩) লাংবচককি লোইবমদাইদা লোলাং পাখংবা* অমদি (৪) কোন্নচক্কি হৌগংলকপদা নোংদা লাইরেল পাখংবা* অসিনি। মণিপুর ইতিহাসকি ইহান হানবা নিংথৌনি হাযনা লৌনবিবা খৃষ্টগী ৩৩ সুবা চহীদা পানখিবা নোংদা লাইরেল পাখংবা অসি চক মবিগী ইকোন কোনবা কোন্নচক্তা পানখিবা পাখংবা অসিনি।[১১]

### হযিচক ঃ

মৈত্রবাক মণিপুরগী লৈশেম খুনশেমলোনগী মপুং ওইবা শক্তম লৌদুনা চাদা নাউদা শন্দোবকখিবা যাম্না মকওইবা মীশকশিং অদুদি লাইবুংথৌ মাপলনি। শলাই ৯ অসিগী লুচিংবা লাইবুংথৌ ৯ অসিনা পাল্লম্বা মফমশিংদি ৱাংব্রেন্না* ঈকমগী লমখৈদা হাযবদি সুগ্নু ফাওবা। মার্জিংনা* থবাক ঙানফম হাযবদি থাঙৱাযগী লমদমদা পাল্লমই। নোংপোক অবিবনা থাংপক হাযবদি চীংখৈগী লমদমদা পাল্লমই। খানা চাউবনা খুজিখা হাযবদি সুগ্নুগী মখাথংবদা লৈবিবা মহৌ চীংনা কোল্লিবা মফমশিদা পাল্লমই। থাংজিংনা চাকশঙ হাযবদি থাংজিং চীংগী লমদমদা পাল্লমই। ঈখৈরেল নামুংবনা পুন্নমক্কি মকোক ওইদুনা লৈখাদা পাল্লমই। সোবারেন নামুংবা নম্রগা অমম্বা

---

* লোলাং পাখংবা — লাংবচকতা পানখিবা পাখংবা মবিগী মনুংদা অমনি। মণিপুর ইতিহাসকি ইহান হানবা নিংথৌনি হাযনা লৌনবিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মপানি। হান্না কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বদগী খাবনা তাম্মোক্তুনা মোইরাংদা খুনকুম্লবা মতুং খাবগী মথক্তা লমন খুন্নবা হোৎনবদা ঙমদবদগী ঈবিল তুরেলগী মক ফাৎলৌ লাইমকোন্দা লোৎতুনা লৈখি।

* নোংদা লাইরেল পাখংবা — খৃঃ ৩৩ দগী ১৫৪ ফাওবা পানখিবা মণিপুর ইতিহাসকি ইহান হানবা নিংথৌনি। মৈতৈগী চক মরিগী মনুংদা ইকোন কোনবা চক কোন্নচক্কি হৌগংলকপদা পানখিবা মরিসুবা পাখংবনি হাযনা লৌনৈ। নোংদা লাইরেল পাখংবা অসি মৈতৈগী শলাই তরেৎকি মনুংদা অমা ওইরিবা নিংথৌজা শলাইগী পুকোকনি।

* ৱাংব্রেন — মৈতৈগী উমংলোন মাপলগী মনুংদা অমা ওইবা লাই কৌব্রুগী মচানিপা, খা মায়কৈ ঙাকপা লাইনি।

* মার্জিং — মৈতৈগী উমংলোন মাপলগী মনুং চনবা অৱাং মাযকৈ ঙাকপা লাইনি।

লাই, নুঙোইবীনা নোংমাইজিং চীংদা পাল্লমই। অসুম তৌদুনা মাযকৈ ঙাকপা লাই মরি, মরিদগী নিপাল, নিপালদগী তরাতরুক, তরাতককক্তগী ৩২, কুম্লানিথোইদগী ৬৪ অসুন্না মথং মথং শন্দোকখিদুনা মৈতৈ লৈপাক পুন্নমক কোনসিল্লক্তুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা হৌরকখি।

হযিচক্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবম্বগী মওঙ অসি লৈরোল অমসুং নোংলোন হাযনা খঙনবিবা মফমশিং অসিদা লাই ওইখ্রবা ঐখোযগী ইপা ইপুশিংবু ইহান হান্না শন্দোকখিবা পুকোকশিং অদুনা খুন্দাদুনা লৈবমমি অদুগা লৈখাবোল হাযবদি চীংগী নাপোম হাইথবকপা থেলশিংদা ঈশিং মযাদা তাবম্বা কাঙলুপশিং অদুবু খঙনৈ। হযিচক্কি অহৌবদা ঙানবা শলাইনা খুন লেপ্তুনা পানখি। নিংথৌ মমিংদি খুনুং ঙানবা মপু ঙানবা থাইফবা থোঙা তেমফবা কৌই।

মতুংদা অমূক নিংথৌ কাংবা* লৈমা কাংখলনা ঙানবগী মথংদা অমূক লেপতুনা চক অবোইবা শকক্তা পানখি। নিংথৌ কাংবা লৈমা কাংখলনা পাল্লম্বা মফমদি অৱাং মোংবি চীংদনি।* কাংবগী মতম অসি লোইসিনখিবগা লোযননা হযিচক্কি মতমসু লোইখিদুনা মথং হযাচক্কি তাংকক অমূক চত্থবকখি।

**হযাচক ঃ**

অনীসুবা চক হযাচক্কি মতম লাক্লবদা চক অসিগী অহৌবদা শবাং লৈশাং (চেংলৈ) হাযবা কাঙলুপ অসি থোক্লক্তুনা যান্না খুৎকন্ন পাঙ্গন্না পানবা হৌবকখি। শবাং লৈসাংনা পানবা মতম অসিগী মতুংদা তাবি* কৌবা মীশক অমনা অমূক লুচিংবা ওইদুনা পাল্লম্মি। তাবিনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা মফমদি খুলপুং (নোংমাইজিং চীং) চীংদনি। নিংথৌ তাবিগী মথংদা লমদম অসিদা কেগে কাঙলুপনা খুল লেপ্তুনা অমূক পানখি। মতম অসিদা কেগে কাঙলুপ অসিগা লোযনদুনা পানখিবা কাঙলুপশিংদি খাবা, তাংবা, চকোৎ হাযবিবা অহুম অসিনি। খাবনা খামবন, তাংবনা তাংখুল ওইখি।[১১] চকোৎসু চকোৎ তাংখুল ওইখি। কেগেনা পাল্লম্বা মফমদি থাঙহুৎৱাদনি।* কেগে কাঙলুপনা মতুংদা থংজিং চীংজাউ তন্না চৎখিদুনা মোইরাং কাঙলুপ্তা পুনশিনখি।

---

* নিংথৌ কাংবা — পাথং যোযরেম্বনা নুঙমু নুঙঙৌলেমা সনা নুঙফাল তোংফবী পান্নরগা পোকপা হযিচক্কি অহানবা নিংথৌনি, নিংথৌজা অরিবগী য়ুম্নাক কাংহুজম হাযবা শাগেগী পুকোকনি।
* অৱাং মোংবি চীং — চীংমৈরোংবু অৱাং মোংবিচীং হাযনা খঙনবম্মি।
* তাবি — খৃষ্ট মমাঙগী নিংথৌনি। মহাক্না খাকপা নিংথৌ চনু লৈমা কাংখল পান্নরগা চীংৱাংলক্কি পুবৈরোম্বা পোক্তুনা অঙোম শলাই চৎথরকখি।
* থাঙহুৎৱা — কংলাগী লাইফম অমগী মমিংনি। লাইনিংথৌনা ইহান হান্না পৌ উবা তমখিবা মফমসি থাঙহুৎৱা হাযবা কংলাগী মফমসিদনি।

**লাংবচক ঃ**

অনীসুবা চক হয়াচক্কি মথংদা অহুমসুবা চক লাংবচক্কি মতম লাক্লবদা চক অসিগী অহৌবদা অঙোম (নোংবাল) কাঙলুপ্পা মীওই মরি হায়বদি (১) নোংতারু (২) নোংতোযাঙ (৩) লিতাংশাং (৪) সিনাতাং হাযরিবা মীওই মরি অসিনা লোযনদুনা পানখি। নোংতারুনা খোইপুংগী (কৌব্রু) লমদা পানখি। নোংতোযাংনা চাকশঙদা (থংজিং) পানখি। সিনাতাংনা ঈরুমদা (সুগনু) পানখি অদুগা লিতাংশাংনা খাংপক্তা (চীংখৈ চীং) খুন্দাদুনা লৈখি।

নোংবালগী (অঙোম) মতুংদা নোংযাইনা (খুমন) অমুক খুল লেপতুনা পাল্লবদা শাগৈ ৯ পুথোকখি। শাগৈ ৯ অসিনা মোংবা শঙ্গাইদা লৈদুনা লাই- পোংদা (যৌবাল তোমচীং) কোনুং ওইদুনা পাল্লমই। নোংযাই খুমনগী মতুংদা মরিযা ফম্বালচানা* অমুক পানখি। মহাক্না ইঙা কুমদন্না ইঙেন কুমখাযনা পাল্লমমি।[১৩] মরিযাগী কোনুংদি তিনপাল হৈবোমখোক্তা (কংলা) ওইরম্মি। মরিযাগী মথংদা ককসু ৱানককপনা লূচিংবা পিবারেল ওইদুনা কৌব্রু চীংদা পানখি। লাংবচক্কি লোইবমদাইদা লোলাং পাখংবনা (সেন্ত্রেং পাখংবা) কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা খাবনা লান হৌরক্তুনা লোলাং পাখংবনা খাবগী মখূৎতা মাযথিদুনা মোইবাংদা খুনগুমখি। মতম অসিদা কংলাদা খাবনা চঙদুনা পানখি।[১৪] লোলাং পাখংবনা খাববু মাযথীবা পীরগা খাববু ওৎখাই নৈখাইদুনা লমন খুমগে থনববু ঙমদবদগী মোইবাং লমদগী সুগনুৱোমদা চৎখিদুনা মথং মথং চীংগী লমদা লাক্তুনা নোংমাইজিংদা অঙোম অমসুং নোংমাইজিং তোংবা লূৱাংগা পূন্না মীচঙ ওইদুনা কংলাদগী খাববু তাম্বোক্লবা লোন্না ৱা-তান্নখি।[১৫] লোলাং পাখংবদি নোংমাইজিংদগী অৱাং পাংনা চীংগী খুল কযাদা চঙজফম লৌ লৌদুনা লোন্না চৎখিবনা মাওগী চীংখৈ পাংলপনা লৈবা ঈবিল তুবেলগী হৌবকফম মরু ফাৎলৌ লাইমকোল, লমলেন কোনবিরাগী লমদা মচানিপা নোংদা লাইবেন পাখংবগা লোযননা লোৎতুনা লৈখি।[১৬]

**কোন্নচক ঃ**

লাংবচককি মতম লোইদুনা কোন্নচক হৌগৎলকপা মতমদা কংলাদা পানবা খাববু অঙোমনা মাযথীবা পীদুনা তাম্বোকখি। খাববু মাযথীবা পীববা

* মরিয়া ফম্বালচা — হযিচক্কি নিংথৌ কাংবগী মচানি মহাক্কি মতমদা ইঙা কুমদন্না ইঙেন কুমখাযনা পাল্লম্মি হাযবগী ৱাৱোল অরিবা লাইবিকশিংদা ইবম্মি।

মতুংদা ঙানবগী নিংথৌ খমচিংকোন হাইহৈববুসু* অঙোমনা হাংকদবগী হোৎনবকলবদা ঙানবা খমচিংকোন হাইহৈবনা মচানুপী লৈমা লৈনাউতাবী* (লাইহন্নু) লৌবা মম্মাকন্নুপা খমনুং থোঙঙাবেলবু* লান পাংবিনবা হাযজকবদা মনাওনিপা চীংখোঙ পোইবৈতোনবু* মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবিগা লোযননা খুন থোকহল্লকখি।[১৭] পোইরৈতোন্না নিংথৌগী পোৎলোই শমপোৎকা লোযননা খুনথোকললকপা মতমদা অঙোম পুরৈরোম্বনা পোইরৈতোনগা লাম্বা পাদুনা লান শোক্লনবগীদমক নোংদা লাইরেল পাখংববু ইরিল মরুদগী* থিরুদুনা পুবকলম্মি। পোইবৈতোন্না নিংথৌ ওইগে হাযনা খুনথোকললকপদা লমখাঙদা পাখংবনা পোইবৈতোনগা লোযনরকপা মীশিং অমদি নিংথৌগী পোৎলোই শমপোৎ পুম্বা মুনবিবতা নত্তনা হাংকে তৌববদা পোইবৈতোনগী মযাম্বা লৈনুং থোঙঙারেলনা মচননুপী লাইস্রা* পুবত্তুনা পাখংবদা কংলগা মনাও পোইবৈতোনগী মথৱাই কনবিখি।[১৮]

অসুন্না নোংদা লাইবেল পাখংবনা পোইবৈতোনবু মাযথীবা পীববা মতুংদা কংলাদা মৈতৈলৈমা লাইস্নাগা লোযননা ফম্বাল তোংদুনা নিংথৌ ওইনা পানখি। নোংদা লাইরেল পাখংবনা কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবদা খাবনা অমুক হন্না লান্দাবত্তুনা খাবগী মথুত্তা মাযথীবদগী পাখংবদি মোইবাং তান্না চেন্দুনা খুনগুমখি। মতম অসিদা খাবনা অমুক কংলাদা চঙদুনা কংলৈ মপু ওইনা পানখি।[১৯]

পাখংবনা মতম খবা মোইরাংদা লোৎতুনা চঙজফম লৌদুনা লৈরিঙে মুযাংচাউগী নুপি যুনমবু ঙাংনদুনা মচানিপা অনী মুযাং চাউবা অমসুং তাংক্রুম লুমযিবা

---

* **খমচিংকোন হাইহৈবা** — খাবা ঙানবা শলাইগী পুকোকনি। পোইরৈতোনগা থুম্বোরকপা মতৈমা লৈমা লৈনাওতাবী (লাইহন্নু) অমদি মোইরাং শলাইগী ঙাংহম্বোক ঙাংনিংশিং পোকপী লৈনুং ঙাংসাবী অনীবু পোকপনি।
* **লৈমা লৈনাউতাবী** — লৈনুং থোঙঙাবেলনা লৌবী ঙানবা খমচিংকোন হাইহৈবগী মচানুপীনি। মমিং লাইহন্নু কৌই। পোইরৈতোন্না খুম্বোবকপদা লোযনবত্তুনা লমদেংদা খুন্দারগা মচা সিংদবুং পোত্তুনা লুৱাং অমসুং থুমন শলাই চখবকখি।
* **খমনুং থোঙঙারেল** — খমনুং লৈবাক্তা পানবা অসি লৈবাক্কি নিংথৌনি। মৈতৈগী লৈননবা যুমগী মমাঙথোঙ হেক কাম্বোকফম যেৎ থংবা থোঙজিন্দা থোঙঙারেলগী খুবম যাদুনা লাংনৈ।
* **চীংখোঙ পোইরৈতোন** — কামনুং লৈবাক্তগী মতৈমা লৈমা লৈনাউতাবীগা লোযননা লমদম অসিদা খুন থোবকখিবা লুৱাং অমসুং থুমন শলাইশিংগী পুকোকনি।
* **ইরিল মরু** — ইবিল তুবেলগী অবিবা মমিং 'লিলৱাই ঈ' কৌই। ইরিল মরুগী লমবু ফাংলৌ লাইমকোল কৌই। মাওগী চীংথে পাংলপনা লৈবা কদম অমসুং লথমৈ কৌবা চীং অনীগী কারক্তগী ইরিল তুরেল হৌরকই। মফম অসিবু ইরিল মরু কৌই।
* **লাইস্রা** — মণিপুব ইতিহাসকি অহানবা নিংথৌ মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী লৈমরেম্বিনি।

পোকই।[২০] পাখংবনা অমুক মোইরাংগী মতেংগী লোযননা অমুক কাংলৈদা লান কাবক্তুনা কংলাগী নুংজেং মপান্দা খাবগী নিংথৌ খ্বাই নুংজেংবু মোইবাংগী চাউবা মৈল্লেবা সরংতোন সানৌঙম্বগী তেন্না থাদুনা হাৎখি। খাবগী নিংথৌ শিববদা খাবা কাযদুনা চেন্নখি। খরুনা অঙোম পুরৈরোম্বদা চেনশিন্দুনা কনবিখি। খাবা খরনা তাংখুল লমদা চেনখিদুনা তাংখুল মচিবা ওইখি। খাবা মচেৎ খবনা মখারোমদা চেনখিদুনা মহৌ হাযবা চীংমী কাঙলুপ ওইখি। খাবা খবনা নোংচুপলোমদা চেনখিদুনা কবুই নুংনাং ওইখি। খাবা খরনা অণ্ড্রাংলোম চেনখিদুনা কৌব্রু লাইখাদা খাবা উলালন ওইখি। খাবা নোংঙানবদি পাখংবগী ফানখোঙদা চঙজদুনা পাখংবনা কনবিখি। খাবা নোংঙানবদগী খুবাযজম, নোংজেংবম হাযবা খাবগী যুম্নাক অনী লেমহৌখি।[২১]অসুম তৌনা নোংদা লাইবেন পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা কংলাদা পানবদগী নিংথৌজাগী নিংথৌশিংনা মথং মথং পানথবকখি।

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা মৈতৈ কংলৈপুং মযোন্দা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসিদগী হৌনা লমদম অসিদা যেক শলাই খাযদোক্তুনা মাগী মাগী যুম্নাক শাগে মান্নবা মচীন-মনাও, মচে-মচন, মমা-মচা কয়া অসিবু অমগা অমগা চাবৌ মৌব্রৌনবা, লৌনা লৈনবা যাওনদনা মপা-মমা, মচীন-মনাও, মচে-মচল, মবুং-মৌপ্পা অমদি মথক থোংবশিংগী মফমদা চৎকন্দবা শাজৎ লীচৎ, থৌগল্লোন ব্যবহাব, থকশি খাশি পূন্নমক শেমদোক্তুনা চৎনবা হৌখিবা অসিনা মৈত্রবাক মণিপুরগী খ্বাইদগী মরুওইবা তাংকক্ অমনি। নিংথৌ অসিগী মতমদগী লমদম অসিদা অনৌবা লৈঙাকলোন অমা শেমগৎতুনা তোংঙান তোংঙানবা যুম্ফম কযানা মখোয মশেল অমগা অমগা উনবা যাবমদবা, অমগা অমগা ফুন-হাংনবম্বা কয়া অদুবু পুল্লপ পূন্না লৈমিন্নবা যানবা মাগী মাগী শলাই খাযদোক্তুনা লৈহন্নখি।

**অঙনবা মতমগী মীওই কাঙলুপশিং :**

মণিপুরগী খুল্লিং খুন্দারোলগী যান্না ঙল্লিঙৈ মতমদা চীংগী লমশিং অমদি তমপাক্কি লমদা মীওই কাঙলুপ কযানা খুন্দাদুনা লাকই। চীংগী লমদা অঙনবা মতমদগী খুন্দাদুনা লাকপা অরিবা চীংমী কাঙলুপশিংদি কবুই, তাংখুল, মাও, মবাম, মবিং, অনাল, চীরু, চোথে, কোযরেংনচিংবা চীংমী কাঙলুপশিংশি পনবা যাই। থেঙথরকল্লবা মতম হৌজিক্কি মতমদদি মণিপুরগী চীংমী কাংলুপ অসি হান্না সেদ্যুলদা চনবা কাঙলুপ মশীং ২৯ গী মথক্তা অনৌবা কাঙলুপ মশীং ৪ অমগা হাপচিন্দুনা

পূন্না মশীং ৩৩ গুরে। হৌজিক হৌজিক ভারত সংভিধানগী সেদ্যূলদা চল্লিবা চীংমী কাঙলূপশিংগী মমিংশিংদি ঃ

(১) আইমোল (২) অনাল (৩) অঙ্গামী (৪) চীরু (৫) চোথে (৬) গাংতে (৭) মার (৮) কবুই (৯) কাচা নাগা (১০) কোইরাউ (১১) কোষরেং (১২) কোম (১৩) লমগাং (১৪) মাও (১৫) মরাম (১৬) মরিং (১৭) এনি মিজো (লুসাই) (১৮) মোনসাং (১৯) মোয়োন (২০) পাইতে (২১) পুরুম (২২) রালতে (২৩) সেমা (২৪) সিমতে (২৫) সুইতে (২৬) তাংখুল (২৭) থাদৌ (২৮) ভাইফে (রাইফে) (২৯) জৌ[২২] অমদি হন্দক্তা নৌনা সেদ্যূলদা চনশিনখিবা (১) খারম (২) এনি কুকি (৩) পাউমাই অমদি (৪) তরাউ পূন্না কাঙলূপ মশিং ৩৩ অসিনি। সেদ্যূলদা চনবা অচৌবা চীংমী কাঙলূপশিং অসিগী মথক্তা সেদ্যূলদা চন্দবা হান্নগী অচৌবা কাঙলূপশিংদগী কাযথখিবা কাঙলূপ মচা কয়া অমসু লৈরি। খুদম ওইনা লৌখৎলবদা কোইরাউ নম্রগা খোইবাউ (কোলযা) কাঙলূপতগী কাযথখিবা কাঙলূপশিং - থাঙ্গাল, উপরুল, থেংবা, মৈতেফম, ময়াংখাঙ, তোকপা, কবুইদগী কাযথখিবা সোংবু, পোইরোন, মরিং কাঙলূপতগী কাযথখিবা খুলবু, চুকংনা, কেমসোরা, মকুংঙা, তাংসোরা, তুংতাংনা অমসুং ক্লাযা পনবা যাই। কুকি কাঙলূপতা পনবা যাবা কাঙলূপ মচাশিংদি - ভুংসোন, চাংসেন, সিংসোল, মাংভুং, খ্লাঙাম, চুঙলোই, চাংপুৎ, হাওকিপ, সিমতে, কামহাও, নামফৌ, চিন, মানতকনচিংবা পনবা যাই।[২৩]

মণিপুরগী চীংগী লমদা চীংমী কাঙলূপশিংশিনা কোযনা খুন্দারগা তমপাককি লমদা চোইনা চোইনা খুন্দাবম্বা তম্মী কাঙলূপ কয়া অমসু লৈবি। অঙনবা মতমদা লৈরম্বা মণিপুরগী তম্মী কাঙলূপশিংদি - রাংঙম (নিংথৌজা), নোংবাল (অঙোম), নুংবান (লুরাং), খাবা, ঙানবা, হাওরোক কোম্রৌ, মানতিং মোবা, লেবা খোংনাং, থাঙঙা কমবোং, লোকখু লোকহুল, হৈব্রেম খুঞ্জাল, লোকথা হাওখা, অদোন নোংযাই (খুমন), লানবী সনসেন, কেগে ঙাংঙোই (মোইবাং), ককলা হেমচেং, কমবোং লোকখু, সেল্লোই লংমাই, হুইতৌ, মঙাং, উরোক উসাই (নোংসা), খুযোন মোযোন, নোংবান ফান্তেক, খেন্দে চাইরেল, খ্যাং মুরাং, থাঙ্গাল মাখাল, তেংলৈ মুংচা, থোপসেন ঙাসেল, থাঙ্গা ঙাইখোং, খুনবী লোনলাং, চকপা হেমচেংনচিংবা মীওই কাঙলূপশিং অসিগী মমিং পনবা যাই।

হান্না তমপাক লমদা খুন্দারম্বা তম্মী কাঙলূপশিং অসিনা তমপাকলমগী মফম কয়াদা খুন্দানরম্বদগী মতমগী যাওল মতুং ইন্না কাঙলূপ মসেনগী মরক্তা পাঙ্গন

চাউনরকপদগী অমনা অমবু পাঙ্গন চাংয়েংদা কূইনা মূৱন্দুনা লৈবা ভমলক্তবা কাঙলুপ মচা কয়ানা তমপাকলম থাদোক্তুনা হেন্না সাফগদবা চীংগী লমদা কাখিদুনা চীংমী ওনখিবদগী তম্মী কাঙলুপ কয়া মাঙখ্রবসু তমপাক লমদা লেঙদনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈহৌবা কাঙলুপ কয়া অমদি তম্মী কাঙলুপকি মনুংদা শলাই খায়রকলবা মতমদা মশীং যাম্না যামলম্বা কাঙলুপশিংনা অমনা অমদা মথং মথং পূনশিন-তিনশিন্নখিদুনা মপুং ওইবা কাঙলুপ তরেৎতা শলাই তরেৎ হাযদুনা মাগী মাগী অকরবা লমখৈ অমমমগী মনুংদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা হৌনরকই।

**শলাই পোকপা ঃ**

মৈতৈগী লৈসেম নোংশেমলোনগী ৱাবীদা মালেম তাইবংপানবা অসিদা মতৌ কয়ন্না তাইবং মীওইবনা পোকললক শাৎলকখিবগে হাযবগী পাবী পূবিগী লীখুল অসুন্না পীবম্মি। তেংবানববু শেম্মিবিবা তাইবং মপু 'ক' কৌবনা অতিংকোক পোকই। অতিংকোকনা অতিয়া শিদবা পোকই। অতিয়া শিদবনা অশীবা অমদি কোঞ্জিন তিংথোকপা পোকই। কোঞ্জিন তিংথোকপনা মহেন্দ্র পোকই। মহেন্দ্রনা তীল্লিরেল পোকই। তীল্লিরেলনা লাইযিরেল পোকই। লাইযিরেলনা খাইযিরেল পোকই। খাইযিরেলনা ইতাওরেল পোকই। ইতাওরেলনা তাউরোইনাই পোকই।[২৪] মসিনা তেংবানবা অসিদা তাইবংমী পোকললক শাৎলকখিবগী পূৱারী মকোকনি।

মণিপূরগী তম্পাক লমদা কচিন কোয়া শীনবা থুংনা খুন্দা লৈতারিবা যেক ৭ শলাই ৯ গী মীওই কাঙলুপশিং অসিগী শলাই খায়রকপা অমদি শলাই পোকললকপগী মরমদা অরিবা খুৎই লাইরিকশিংদা পীরম্বা ৱারোল কয়া লৈ। মতাং অসিদা শলাই পোকপা হায়রগা শলাইশিংগী পূরেকশিং পোকপা ভাকি ৱা নত্তনা শলাইশিংগী মচু যেনবা, শলাইশিংনা খুন্দাবম্বা মফম তাকপা অমদি শলাই খাযবগী ৱারোল কয়া পীবদা শলাই পোকপা হাযনা সীজিন্নরম্মি। মৈতৈগী শলাইশিং পোকললকপগী মতাংদা মখাদা অমমমতা ওইনা লৌখৎতুনা শলাই পোকপগী ৱারোল পীরি।

**শলাই পোকপা মথল অমা ঃ**

১। নিংথৌজা - *লৈকক লৈযারেন চনুনা নূমিৎ কোরে। পাখংবা পোকএ। নূমিৎতি সগোলসেননে। থাদি ইঙানে। মাকমৈদি থানিলনে। মতমদি নূমিৎ যুংবা ভকযানে। নাওরোইবীদি যাবিরোকনে**।*

---

* যাবিরোক — মৈদিংগু নোংদা লাইরেল পাখংববু যোকচবী মমানি। নোংদা লাইরেল পাখংববু যোকচে হায়বগী 'যাবিরোক' কৌই। অলেংবা মমিং তনৌ তরেংবী কৌই।

মচু লংঙে। থবানমিচাকতি থাযাইনে। মচূদি অঙাংবনে। ঈরুবদি নুংজেংনে। লৈদি থম্বাল অঙাংবনে। লাদি থম্লানে। হৈদি থমচেৎনে। মৈদি মৈযেনে। নাহাইনবদি উরুংনে। থাঙদি চকথাঙনে। ঙাদি সরেংনে।

২। অঙোম - লাইযিবিদি মহুমনুনে। নোংলুম কোল্লে অঙোম পোকএ। থাদি ইঙেন থানে। মাকমৈদি ১২নি পানবনে। নুমিৎতি নিংথৌকাবনে। ঈকুবদি কোংবা মৈবোম্বীনে। লৈদি থবো অঙাংবনে। লাদি লাকোংনে। মৈদি মৈবানে। নাহৈনবদি তাইবেননে। থাঙদি পুককপনে। মচূদি অঙৌবনে। হৈদি হৈবানে। ঙাদি শবেং অঙৌবনে।

৩। লুৱাং - তুংৱাইবিদি থোইনুনে ইবোই কোল্লে। পোইবৈতোন পোকএ লুৱাংনে। থাদি ৱাকচিংনে। নুমিৎতি ইবাইনে। মতমদি চিংথৈনে। থবানমিচাকতি কুকসিদবনে। ঈকুবদি লমফেননে। মৈদি কম্বী খোইজু মৈনে। নাহৈনবদি উখোক মতোন্নে। লাদি লাবোংনে। লৈদি মেলৈনে। হৈদি কিহোমনে। ঙাদি শবেং সংলুনবনে। থাঙদি তোন্দুম্বনে।

৪। খুমন - মাংৱাইবীদি তোনথাংনুনে। শামু কোল্লে খুমন পোকএ। মতমদি অহিং নোংযাইদা পোকএ। থাদি শজিবুনে থানিলনে। নুমিৎতি লৈপাকপোকপনে। থবানমিচাক্তি থাযাইনে। নাওবোইবীদি পিযাইনুনে। ইকুবদি পুমলেন্নে। লৈদি ক্লাকলৈনে, লৈশংনে। মৈদি মৈথাং ৭তগী লৌও। ঙাদি শরেং অমুবনে। লাদি চংবিনে। হৈদি হৈবোংনে। থাঙদি তোনককপনে। নাহৈনবদি পুংফাইনে। মচূদি অমুবনে।

৫। মোইবাং - চীৎনুলৈমনা শজি কেল্লে ঙাংনিংসিং পোকএ। থাদি লমতা থানে। নুমিৎতি থাঙজনে। মতমদি নুমিদাং যুথকনে। থবানমিচাকতি চিংজরোইবীনে। মচু অরাংবনে। নাওরোইবীদি লৈনূং ঙাংসাবীনে*। ঈকুবদি লোকতাকনে। লৈদি

* লৈনূং ঙাংলাবী — মোইরাং শলাইগী পুকোক ঙাংহন্নোক ঙাংনিংশিং মচীন মনাও অনীবু পোকপীনি।

যেরুমলেনে। লাদি খংলানে। ঙাদি শরেং অরাংবনে। হৈদি কাংথ্রৈনে। মৈদি মৈথাং ৩ লক লৌও। নাহৈনবদি লৌহিংনে। থাঙদি য়েনবাতোক সাবনে। অসুন্না মোইরাং পোকএ।

৬।    খাবা ঙানবা - থোরেলোংবম চনুনা কৈ কোল্লে। খমজিংকোন পোকএ। থাদি কালেনগী ১০নি পানবনে। নুমিৎতি নোংমাইজিংনে। মতমদি অয়ুবকি য়ুথকনে। মচুদি অসংবনা লাংএ। নাওরোইবিদি পুরাই লেমনুসুনে। ঈশিংদি লৈতাংনে। লৈদি লৈশংনে। লাদি লৈশ্রৈনে। মৈদি লৈখাম রাযবদগী লৌও। নাহৈনবদি নাপুনে, নাসেননে। থাঙদি লাইথাঙ চিনাইবনে। ঙাদি শরেং ঙাংনা লাংবনে। হৈদি হৈকুনে।

৭।    চেংলৈ - লফুবিদি অকৈনুনে নুঙঙ্গৈ য়ুমথংবা পোকএ। হামেং কোল্লে। থাদি ফাইবেন থা ২৬নি পানবনে। নুমিৎতি য়ুমশকৈশগী য়ুথক্তা পোকএ। মচুদি অরাউবনা লাংএ। মচু ঙাংএ। থরানমিচাক্তি লিকথা সাফবনে। নাওরোইবীদি হুইমুলৈমনে। ঈশিংদি তাকনখাদনে। লৈদি লৈখম, লৈসংনে। লাদি ঈথমলানে লাযাযনে। মৈদি মৈথাং ৫ রক লৌও। ঙাদি সরেং অমুবনা লাংবনে।[২৫]

মথক্তা পীবিবা শলাই পোকপগী রাবোল লীখুল অসিনা শলাই-শলাইগী পুকোকশিং পোকখিবগী রারোলনি।

**শলাই পোকপা মখল অনীসুবা ঃ**

লাইযিংথৌ অসীবনা মালেম শেম্বা লোইববদা মপা কুরু শিদবগী যাথংনা মপাগী মমি তমনা শাখিবা কুরুমী অদুগী থমোযদগী ঙান্না চোংথোকলকএ হাযবগী ঙানবা কৌই। মবে অশাংবদগী চোংথোকলকই হাযবগী লৈসাংথেম (চেংলৈ) কৌই। কোক লেনযুম্দগী রাংনা চোংথোকলকই হাযবগী লুরাং কৌই। খুৎ যেৎতগী খুমন চোংথোকখি। খৌরিদগী ঙৌনা চোংথোকখি হাযবগী অঙোম কৌই। মীৎ যেৎতগী নিংথি নুংঙাইনা থোকলকই হায়বগী নিংথিবমযুম নিংথেম, (নিংথৌজা) কৌই। সিনুংদগী মবাং মরাং থোকলকএ হাযবগী মোইরাং কৌই।[২৬]

অনীসুবা মখলগী শলাই পোকপা অসিনা শলাইশিংগী মমিং থোনখিবগী ৱারোল পীবনি।

**অহুমসুবা মখলগী শলাই পোকপা ঃ**

গুরুগী হক্চাংদগী শলাই তরেৎ পোকই। গুরুগী মীৎ যেৎতগী অঙোম পোকই। মীৎ ওযদগী নিংথৌজা পোকই। নাকোং যেৎতগী লুৱাং পোকই। নাকোং ওয়দগী খুমন পোকই। নাতোন ওযদগী খাবা ঙানবা পোকই। যাদগী মোইরাং পোকই।

গুরুগী হক্চাংদগী হায়বদি কোক্কি থোঙ তরেৎমক্তগী শলাই তরেৎ পোকই হায়বা অসি গুরুগী হক্চাংগী মশক অসি কংলা কোনুংগী লাইফমবুনি। কংলা মনুংগী লাইফম তরেৎতগী শলাই তরেৎ পোকই হায়বা তাকপনি।[২৭] মসিনা হায়না শলাই তরেৎনা কংলা মনুংদা কংলাগী তোংঙান তোংঙানবা মফমদা খুন্দাদুনা লৈরম্না ফোঙদোকপনি।

**মবিস্তবা মখলগী শলাই পোকপা ঃ**

লাই পাখংবনা ওকশঙদগী যেনশঙদা থুংলবে। লাই পাখংবা থোক্লে। তুবিনা যেকপদি লাইরেন ঙাঙদুম ঙাঙনা যেকতমলে। মাগী ঈদি নিংথৌজানে। তুবিনা অমুবক মৃদুম মূনা যেকলে, মাগী ঈদি খুমননে। তুবিনা অমুবক যেকপদি লাইরেন ঙৌদুম ঙৌনা যেকলে, মাগী ঈদি অঙোমনে। তুবিনা অমুবক যেকপদি লাইরেন ৱাউদুম ৱাউনা যেকলে, নুংবান লুৱাংনে। তুবিনা অমুরক যেকপদি লাইরেন মানদুম মেমান্না যেকলে, মাগী ঈদি খাবা-ঙানবনে। তুবিনা অমুবক যেকপদি লাইবেন লৈচেং লৈয়েক্লরে, মাগী ঈদি চেংলৈনে।[২৮]

মসিগী শলাই পোকপগী ৱারোল অসিনা শলাইশিংগী মচু যেনবনি। তোংঙান তোংঙান্না পীরিবা শলাইশিংগী মচুশিং অসি ওনবা, লানবা যাদে। শলাইগী মচু হায়বসি শলাইশিংগী শকথঙ খুদমনি। মাগী-মাগী মচুনা মাগী-মাগী শলাইবু মশক খঙহল্লি।

**মঙাশুবা মখলগী শলাই পোকপা ঃ**

১। নিংথৌজা শলাই - লৈকক লৈযারেল চনুনা চেপখোল লোংনা নিংথৌজা, পাখংযোযবেনবা খোনকৎলে।

২। অঙোম শলাই - লাইযিবি মহুমনুনা নোংলুম খোনকৎলে অঙোম ওইনা ফোঙলকলে।

৩। চেংলৈ শলাই - লফুবী অবেনুনা হামেং খোনকৎলে চেংলৈ পোকলে, খুযোন লৈখোঙ শেমনৈএ।

৪। খুমন শলাই - মাংৱাইবী তোনথাংনুনা হৈবেম কাও খোনকৎলে, খুমন পোকএ।

৫। মোইবাং শলাই - চীৎনু শজিবীনা শজি খোনকৎলে, মোইবাং সাৎলে, খাবা মাযথীবা পীহল্লি।

৬। লুৱাং শলাই - তুংৱাইবী তোম্বাংনুনা ইবোই খোনকৎলে, লুৱাং খাইবিবে।

৭। ঙানবা শলাই - থেবে লাংকাম্পী থেবেলোংবম চনুনা কৈ খোনকৎলে ঙানবা শাৎহৌএ। খাবা মখাক খবা কল্লে।[২১]

মসিগী শলাই পোকপা অসিনা লমদম অসিগী খুন্দা লৈতাবিবা মীওই কাঙলুপশিংগী মনুংদা মপুঙ ওইবা কাঙলুপ তবেৎখক লৌথৎতুনা শলাই তবেৎ ওইনা মশক খঙথিবগী লীখুল তাকপনি।

**যেক ৭ শলাই ৯ ঃ**

লৈব্যাক অসিদা লৈবিবা মীওই কাঙলুপশিং অসি যেক ৭ থোকনা খাযদোকই। যেক হাযবদি মচু হাযবনি। শলাইশিংদা যেনবা মচুদি ৭ তনি। যেক ৭কি শলাই ৭ তি (১) অঙোম (২) নিংথৌজা (৩) লুৱাং (৪) খুমন (৫) চেংলৈ (৬) খাবা-ঙানবা অমদি (৭) মোইবাং হাযবিবা তবেৎ অসিনি। শলাই অসি পুনশিল্লগা মশিঙ তবেৎনি। শলাই তবেৎ অসিগী মনুংদা শলাই অমদা শলাই অনী অনী পুনশিল্লগা শলাই ১ (অমা) ওইবা যাওবি। হাযবিবা পুনশিল্লিবা অসিবু খাইদোক্লবগা শলাই মাপল সুবকই। মসিবু যেক ৭ শলাই ৯ হাযনা খঙনৈ। মপুং ওইবা শলাই ৭ তগী শলাই ৯ সুবকপগী মতাংদি হান্নগী (১) অঙোম (২) নিংথৌজা (৩) লুৱাং (৪) খুমন (৫) মোইবাং হাযবা শলাই ৫ অসিনা লেঙদনা অদুম লৈজখ্রগা লেমহৌবিবা চেংলৈ অমদি খাবা ঙানবা হাযবা শলাই অনী অসিনা অমুক মখা তানা অনী অনী থোক্লা খাযদোক্লগা হান্নগী শলাই তবেৎকি মথক্তা অনী হেনগৎলক্লুনা পুন্না শলাই ৯ সুবকই। হাযবদি খাবা - ঙানবা হাযবা শলাই অসি হান্না কাঙলুপ ওইনা লৈবিঙৈদা খাবা অমসুং ঙানবা হাযদুনা তোপ্পা তোপ্পা কাঙলুপ অনী ওইবম্মি

অদুগা চেংলৈ হাযবা শলাই অসিগী মনুংদা হাওবোক কোম্মৌ অমদি সবাং-লৈশাংথেম হাযনা অনী থোক্লা খাযদোবকই। অসুম্না মপুঙ ওইবা শলাই ৫গী মথক্তা খাবা-ঙানবা অমদি চেংলৈ হাযবা শলাই অনী অসিদগী শলাই অনী অনী খাযদোক্লগা শলাই অনী হেনগৎলক্লুনা শলাই ৯ সুবগা যেকনা মশিং ৭ অদুগা শলাইনা ৯ ওইবগা যেক ৭ শলাই ৯ হাযনা লৌনৈ।[৩]

চক মবিগী অকোনবা চক, কোন্নচকতা পানখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা পানবা মতমদা শলাই ৭ খাযদোক্লুনা চৎনখিবদগী মতুংদা শলাই ৯ অমুক চাউখোবকখি। শলাই ৭ তগী ৯ সুবকপা মতমদা লাইবুংথৌসু ৯ সুবকখি। লমদম অসিদা যুম্লপ ৯ গী চাদা নাউদাশিংনা যুমলিং খুল্লিংদুনা লৈরকখিবা অসিগী হৌবকফম অসি লাইবুংথৌ ৯ হাযনা খঙনবা কাঙলুপ যুম্লপ মাপলখক্তি লুচিংবা মীওই ৯ খক্তি চাদা নাউদা ওইনা ঐখোযনা উবা ফংঙি। শলাই ৯ গী পুকোক ওইখিবা লুচিংবা মীওই ৯ গী মমিংদি (১) কৌব্রু (২) বাংব্রেন (৩) থংচিং (৪) মার্জিং (৫) নোংচুপ অবিবা (৬) খানা চাউবা (৭) নোংপোক অবিবা (৮) সবাবেন নামুংবা (৯) ইথৈরেল নামুংবা হাযবিবা ৯ অসিনি।

অহানবা লুচিংবশিং অসিনা মাগী মাগী যুম্লপশিংগী লুচিংবা ওইদুনা লৈবম্না মতম অদুদদি যেক শলাই খাযদ্রিবা মতমনি। মৈতৈগী যেক শলাই খাযবকপা অসি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা পানবা (খৃঃ ৩৩-১৫৪) মতমদগীনি। মতম অদুদা লৈরম্বা শলাইসিংদি (১) অঙোম (২) নিংথৌজা (৩) লুৱাং (৪) খুমন (৫) চেংলৈ (শবাং লৈশাং), অমদি (৬) মোইরাংনি। মসিগী মতুং খৃষ্টগী মতুং চহীচা ৫ সুবদা পানখিবা নিংথৌ মৈদিংঙু নাউফংবগী* (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) মতমদদি মথক্তা পনখিবা যেক শলাই ৬ অসিগী মথক্তা খাবা-ঙানবা শলাই অসি হেনকৎলকতুনা পুন্না শলাই মশীং ৭ সুরকখি।

**মতেং লৌফম ওইবা লাইবিকশিং ঃ**


১। M T Laiba, The Geography of Manipur, ১৯৯২, লাঃ ৮৪।

২। Gangmumei Kabui, History of Manipur, ১৯৯১, লাঃ ৭।

৩। M T Laiba, মথক্কি লাইবিক, লাঃ ৮৮।


* মৈদিংঙু নাউফংবা — মৈদিংঙু নাউথঙ্গনা যাওরেবা চনু পান্নদুনা পোকপা, খৃঃ ৪২৮ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌনি।

৪। Gangmumei Kabui, মথক্কি লাইবিক, লাঃ ৭।
৫। M T Laiba, মথক্কী লাইবিক, লাঃ ৮৪।
৬। T C Hodson, The Meitheis, ১৯৯৭, লাঃ ১।
৭। ওইনাম ভোগেশ্বর, সনামহী লাইকল, ১৯৭২, লাঃ ১-৬।
৮। নোংলোন সকোক, খুৎই।
৯। চোংথামচা ঙানবা, মাল্লেম লৈসেল্লোন অবিবা, ১৯৮৯।
১০। মথক্কি লাইবিক।
১১। পাখংবা লাইহুই, খুৎই।
১২। ইবোম অমুবী সিংহ, লৈহৌ নাউফমলোন, ১৯৮১।
১৩। মথক্কি লাইবিক।
১৪। ওইনাম ভোগেশ্বর, নিংথৌবোল লম্বুবা, ১৯৬৭।
১৫। পাখংবা লাইহুই, খুৎই।
১৬। ওইনাম ভোগেশ্বর, মথক্কি লাইবিক।
১৭। ভাগ্য যেংখোযবা, লৈথক লৈখাবোল, ১৯৯৪।
১৮। খুমল্লম্বম যাইমা, কংলা লৈযাৎ, ১৯৮৭।
১৯। এন, জি, কুলচন্দ্র, চকপলোন খুনতাবা, ১৯৯৩, লাঃ ২।
২০। মনিপুব ষ্টেট কলা একাদমি, শাগে শলাইরোল, ১৯৯৪, লাঃ ১৭।
২১। চকপা খুন্দা খুম্নোক, খুৎই।
২২। Govt of India, Ministry of Home Affairs, Brochure containing the list of Scheduled Castes and Scheduled Tribes, ১৯৮৪, লাঃ ২৪-২৫।
২৩। E W Dun - Gazetteer of Manipur, ১৯৮১, লাঃ ২৯-৩৩।
২৪। মৈহৌববোল সকোক - খুৎই।
২৫। নোংলোন সকোক - খুৎই।
২৬। ইবোম অমুবী, মৈহৌববোল পুকোক, ১৯৯১, লাঃ ৭।
২৭। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ৭।
২৮। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১৫।
২৯। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১৬-১৭।
৩০। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১২।

## ৩ চীংজেং নারল পাঙ্গনবা

চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা তাইবং মীগী মপোক্তা পোকখিবা মীশক অমা ওইজরবসু চীংঙু লাইগী লাইপোক্লি। লাইগী লাইপোক ওইনা পোকখিবা মরন্না চুন্নগী মীচম অমনা পাক হেক পাঙথোকপা ঙ্মবগদবা, পাঙথোকপা ঙমলরোইদবা, তাবদা তুজুংবা পোক্লবা কন-থৌবগী অঙকপা থবক কযা পলেম মমানা হেক পোকপদা ঙাযবিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা পাঙথোকখিবা থৌদোক ঙ্মবী কযানা মহাকপু পাঙ্গনবা হাযনা কোলোয মিংহন্নদুনা ঙসিফাওবা লাইগী থাক্তা কাদুনা উমংলাই ওইনা কিন্না লুনা খুভম যাদুনা মণিপুবগী মফম কম্যাদা ঈবাৎ থৌনিনবি। মহাক অসি চেংলৈ নিংথৌ থাঙযি খোংজ্রোম্বা অমদি চীংঙু নোংথৌ সোবারেন, অঙ্মাং পাথং যোযবেম্বগী ইতোন তোনবী মমোমলোন 'পেনু লৈমবেল' গা অনীগী মচানি। মহাক্লা তাইবংপান অসিদা পোকখিবা অমদি হিংলম্বা মতম অসি চাউরাক্লা ঙসিদগী চহী ১৫০০ বোমগী মমাঙ, খৃষ্টগী চহীচা ৫সুবা মতম অদুঙ্মাযদনি। হাযবদি কংলৈ নিংথৌ মৈদিংঙু নাউফংকগা থৌমুন নাউমুন ওইবা মীশকনি। মৈদিংঙু নাউফংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মতম অসি চৈথারোল কুম্বাবনা পীবা চহীরোনগী মতুং ইন্না খৃষ্টাব্দ ৪২৮দগী ৫১৮ ফাওবনি।

**পোকপা ঃ**

চীংজেং নারল পাঙ্গনববু পোকপা পম্থৌ মপা থাঙযি খোংজ্রোম্বনা* হান্না লৌন লৈনদুনা যুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নরম্বি 'যাওরৈবা চনুবু'* কংলৈ নিংথৌ মৈদিংঙু

---

* যাওরৈবা চনু – লুঙ্মাং শলাইগী মৈয়েংবম যুম্নাক্তি চনু নিংঙোলবু "যাওরৈবা চনু" হাযনা তেংথানে।

* থাঙয়ি খোংজ্রোম্বা – থাঙয়ি খোংজ্রোম্বা অসি নোংমাইজিং চীংগী চীংথোঙদা লৈবা খোংজিদা তাই হাযবগী "খোংজি নুঙলাইবা" হাযনসু কৌই।

নাউখম্বনা* মুন্দুনা লৌবিখিবদগী থাঙযি খোংজ্রোম্বনা মাগী নুংশিজরবী যাওরেবা চনুবু কাযনবগী অবা মৈচোক খাঙবা ঙমদদুনা মাগী মরোম নোংবান কানাকপা চুমমৈশাংগা লোযননা নোংমাইজিং চীংদা কাম্নিনখি। নোংবান কনাকপনা মবুংঙো থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী অবাবা মতৌ যেংবা ঙমদবদগী মবুংঙোগীদমক যাওরেবা চনুদগী হেন্না ফবী অমা থিরুগে হাযনা অবাং কোরৌ নোংলৈবাক্তা চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগী লৈফম তান্না কাখি।

মতম অসিদা চীংঙু নোংথৌ সোবাবেনগী ইতোন তোনবী মচানূপী পেনূ লৈমরেলনা মপা ইবুংঙোগী যুমগী মাঙ্গোলদা তরেঙদা লংনাইদুনা লৈবিঙে নোংবান কানাকপদি হৈনা শিংনা নিংঙোলগী শিনসূলুকতা চোংশিনখরে। নিংঙোনগী শিনসুলুকপু নোংবান কানাকপনা মযাদা চীকলগা নুংশিৎকি মমাঙ থানা থুনা যাঙনা শুমাঙ তান্না পুথবকলে। যোইবু নোংলৈমা পেনূ লৈমবেলনা মালং নুংশিৎ অসিনা তৌবিবা মতৌ অসিবু কবি মতৌনো থন্না শিনসুলূকপু তান্নবকপদা নোংবান কানাকপনা হৈনা শিংনা পেনূ লৈমবেলবু শিনসূলুক মনুঙদা হাপলগা খোঙলৈ থুনা যাঙনা নুংশিৎকি মমাঙ থানা পুথরক্তুনা মবুঙঙো থাঙযি খোংজ্রোম্বগী মমাঙমক্তদা থুংলরে। তৌবিবা মতৌ অদুদা পেনূ লৈমবেলনা নোংবান কানাকপদা মপা ইবুংঙো চীংঙু নোংথৌ সোবাবেন্না নঙবু সোযদনা শাউঙেনে হাযনা মতিন শিৎনা নোংবান কানাকপবু চৈবকলবদা থাঙযি খোংজ্রোম্বনা পেনূ লৈমরেলগী মখূদাং পাযদুনা "যোইবু নোংলৈমও ঐদি ঐগী হান্নগী তালোয যাওবেবা চনুবু মৈদিংঙু নাউখম্বনা মুন্দুনা লৌবিখিবদগী ইদোম তবক্লা ইপা যাওদনা বানা খাঙলি" হাযনা হাযবকপদা পেনূ লৈমরেলনা থাঙযি খোংজ্রোম্ববু নুংশিবদুনা নোংমাইজিং চীংগী খোংজি কৌবা মফমদা লৈননবা লমশঙ শাদুনা লৈমিন্নখি। খোংজিগী লমদা মতম শাংনা লৈববদা মচানূপী খোংজি নুঙলাইবা চনূ* কৌবী অমা পোকলবা মতুং নোংমাইজিং চীং কাখিদুনা সেল্লোই লংমাইগী লমদা মতম খবা নুংঙাইনা লৈখি।

---

* মৈদিংঙু নাউখম্বা – খৃঃ ৪১১ দগী ৪২৮ ফাওবা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মীশকনি। মহাক্লা চেংলে নিংথৌ থাঙযি খোঙজ্রোম্বগী লৈমরেম্বী যাওবেবা চনুবু মুন্দুনা লৌরগা মৈদিংঙু নাউফংবা পোকখি।

* খোংজি নুংলাইবা চনু – খোংজি নুংলাইবা চনু হাযবিশি মনু তেকঙা কৌবী নূপী অমনা খোংগ্রা মখাদা নমসিন্দুনা হাৎখি। মাগী থবাযনা ঙারা হায়বা ঙা ওইদুনা যৌওইবী মতা তরেৎকি মনুঙদা লেমলে ঙারা ঙাওইবী লাইরেম্বী অমা ওইখি।

অসুন্না মতম খরা সেল্লোই লংমাইশিংগা নুংঙাইনা লৈমিন্নরমলগা পোইবে মৈতৈগী লমদা অমুক কুমলক্তুনা মপা মপুশিংনা হান্না খুন্দাদুনা লৈরম্বা মফম চেংলৈ অৱাংকোন, মালেম তম্পাক লৈনামুংদা হুল্লক্তুনা কংলৈ নিংথৌ নাউখম্বগী লৈঙাক থৌপুবদা মতেং পাংদুনা লৈরখি। চেংলৈ লম্মহন্দা* লৈরবা মতুংদা পেনু লৈমৱেন্দি চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু নাউপুদুনা অঙাংনা তাইবং ফাওগদবা কোবৌ নোংশিঙ হেল্লবফাওবদা তাইবং ফাওগদবগী মমি উদ্রবদা পেনু লৈমবেন্না মথৱায ৱানা মশাবী থাঙযি খোংজ্রোম্বগী মফমদা মাগী পীবুকনুংদা নাউপুবিববু ইচানিপা ওইনা পোক্কববা হাযবসু পোক্তবে, ইচানুপী ওইনা পোক্কববা হাযবসু পোক্তবে, লোইদাম থাশিঙ যান্না নাউপুবদগী ৱাবনা শিগদৌবে, লোইমোম ফৌগুম পোমগঙননা, পামেল উনা তুবগুম লমখাঙদা তাইবং পুন্সি লোমলগদবা হাযনা হাযজববু মমাগী পীবুকনুংদা লৈবিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা তাবদুনা পলেম মমা ওইবিদা ঐদি তাইবং মীবু নত্তে, খোইযুম লাইনি, ঐদি তাইবংদা থোক্কদবা কুম থা সুবা ঙাইদুনা লৈবিবনি, পলেম ইমা নঙবু ৱায হাযগনু, পলেম ইমা নঙবু লম্মখাঙদা তাইবং পুন্সি লোমহল্লোই হাযনা হাযবকপা তাবদা পলেম মমা ওইবী পেনু লৈমবেল অমদি পম্লৌ মপা ওইবা থাঙযি খোংজ্রোম্বা অনীদি থোইনা হেন্না হৱাও মথোই কানা নুংঙাইজখি।

থৌদোক অসিগী মতুং থা অমা হৌখ্রবদা মপা ইবুংঙো থাঙযি খোংজ্রোম্বদি কংলৈ মপুগী লৈঙাক থৌদা মতুং ইন্না পোইবে মীযামগা লোযননা কৌব্রু চীংগী থিংবা কাবোংদা চীংবন পন শাবা চৎখি। থাঙযি খোংজ্রোম্বনা কৌব্রু চীংদা লৈবাক মীযামগা লোযননা চীংবন পন শাবা চৎখ্রবা মতুং কোবৌ নুমিৎ মঙানি লৈবগা পেনু লৈমবেন্দি কোবৌ নোংশিঙ যান্না নাউপুবকলবা মচানিপা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু মথোয মবীন পুম্বনা মশাদা নাক যেৎ অনী থাউওন্নদুনা তাইবং ফাওবকলে। পলেম মমানা পোকপদা ঙাযবিবা খোযবী তৎত্রিবা অঙাং নাউৱা ওইবিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা মথন্না মবেংবান্দা খোযবী নাউফম থাউওন্ননা পলেম মমা পেনু লৈমবেনগী মমাঙদা লেপলগা "পলেমও। ইপল পম্লৌনা নোংদম্বা মপুগী লাইমিং পীদববু নপাবি নাউৱা ঐবু পম্লৌ ইপা লৈতনা পোকপা মচারা" হাযনা পলেম মমা পোকমাবীদা হংলকএ।

---

* চেংলৈ লম্মহন - কংলোগী চীংখৈ পাংনা তুরেল ৱাংমদা লৈরিবা খুবাম অহোঙৈগী লম।

মদুদা পলেম মমা পেনু লৈমবেলনা "ইমাগী ইবুংঙো চাউদ্রিবও। নঙবু পোকপা পম্বৌ নপাবু কবিগী লৈতদগে নঙবু পোকপা পম্বৌ নপা থাঙযি খোংজ্রোম্বদি কংলৈ মপুগী লৈঙাক থৌদা পাঙথোক্লবা কৌবা ঈ মরুদা চীংবন পন শাবা চৎখিবনা ইচাদা নোংদম্বা মপুগী লাইমিং মিংখৈ অথোইববু পীদবনি" হাযনা হাযববদা অঙাং নাউব্রা চাউদ্রিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা পালেম মমা যেংনা অনৌবা অমুক হাযজবকই "পলেম পোকমাবীও। ইবাল মোংবা শঙলেনযাযসিদা লৈবিবমও। পম্বৌ ইপা পোকমাবগী নাক্তা নোংদম্বা মপুগী লাইমিং লৌজকখিগে নপাবীদা পলেমগী নযাথং পীনবীও" হাযনা হাযজবকলে। মচাগী ব্রা তাবদা পেনু লৈমবেন্দি মথব্রায ব্রানা মমিংতা মপী তানা কপলদুনা ইমাগী ইবুংঙো অঙাং নাউব্রা চাউদ্রিবা নঙবু পলেম নমা ওইবী ঐবু থাদোক্লুনা কবম্না নপল পম্বৌনা চীংবন পন শাফমদা চৎকদৌবিবনো। পোইবৈ মীযাম মবক্তা পীকলিবা অঙাং নঙনা নঙবু পোকপা পম্বৌ নপাগী চেংলৌ শক খঙবা ঙমলোইএ চৎখিগনু হাযনা মমিংতা মপি তানা মচাদা হাযজববু মচানা যাখিদে।

চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা পলেম মমা পেনু লৈমবেন্দা পম্বৌ মপানা মাবু শক খঙনবা মপাগী কোক্তা যেৎনবা 'লাবা লুকোয শলাই ফি' নীংথিববু পুখিগে, ঐনা পোকপদা লোযনবকপা নাউফম অমদি খোযবী ততবা অনী অসিনা হযেং তুংদা পোইবৈ লৈপাক ঙাক্লবা থমলমগে, থৌদু নুংপাকথক্তসু ঐগী খোঙ্গুল থমলমগে হাযদুনা নুঙপাকথক্তা নেৎপবু পাৎকি লৈপাক অপেৎপা লৈহোম নেৎপগুম থৌদু নুঙপাকথক্তা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবগী খোঙ্গুল তাহৌখি। মচাগী মতৌ উবদা খাম্বা যাববোই খঙলদুনা পেনু লৈমবেলনা মপাগী লাবা লুকোয শলাই ফিবু মখুৎ খুজেংদা কিশিনবিববদা অঙ্রং নাউব্রা চাউদ্রিবনা মমায অব্রাং পাংনা মালেম লৈমাযথক্তা সমু মখোঙ থীল্লম্লগা চোংলক্লুনা লৈথোনফম তাননা লাকলে।

**চীংবন পন শাবা ঃ**

কৌবা ঈ মরুগী চীংবন পন শাফম, কাংপোকপি লৈথোনফম যৌরবদা খোইযুম লাইয়াম অমদি তাইবং মীযাম পুল্লিবশিংনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু উবদা মযামনা শোকনা পন্নদুনা লাইরমলেন লুতিন নামুংনরগনি হাযদুনা লাই তাইবং পুম্বনা শমজি

থাবনা চেনখোকনরে। চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা ঐবু পোকপা পম্বৈ ইপা থাঙথি খোংজ্রোম্ববু থিরকপনে। নাউবা লাইমিং লৌজগে লাকচবনে হায়না হায়রকপা তাবদা চেনখোকনরুবা খোইযুম লাইযাম অমদি তাইবংমী পুম্বা চঙনরকলে। পম্বৈ মপা থাঙথি খোজ্রোম্বসু মচাবু উরবদা থম্মোযদা চিংনবা পোকনা ঐদি ইচানিপাসু পোকত্রি, ঐগী তালোয ইরুম্বীনা পীবুকনুংদা মীরোলহৌবসু মতম কুমশিং সুদ্রি হাযনা থমলম্ববু ঐনা মফমসিদা কোরৌ নোংশিঙ যান্না নোংফাইদুনা লৈরকপসিদা মনোং নোংশিং সুরদুনা ইচানিপা অমবু পোকলবরা হাযনা থন্দুনা লৈরিঙে পলেম মমানা পীবিরকপা মপাগী লাবা লুকোয সলাই ফিবু পুথোরকলবদা থাঙথি খোংজ্রোম্বনা মচানি হাযবা খঙলদুনা "পারি নাউবা চাউদবা লাউ-ও। হৌজিক্তি লাইজা ঈথোং অসিদা কুমনা শমু হকচাংদু ঈরু মাযতাজকরো ইপানা ইচাদা নোংদম্বগী লাইমিং মিংথৈ পীবগে" হাযরকপদা অঙাং চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা "পম্বৈ অপোকপা হৌজিক্তি মতম হেল্লবনিনা নোংদম্বগী লাইমিং ফংজররোইএ। হৌজিক্তি পম্বৈগী শকসু খঙজরে পম্বৈনা শুগদবা থবক মঙমবু কন্দায়নো তাকপীযু" হাযজরকপদা পম্বৈ মপানা অসিনি হাযনা শমু মখুৎ থিন্না সুগদবা থবক মঙমবু মচানিপাদা তাকলে।

পীক্লিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা মালেম লৈথোল্লকপদা পাঙ্গন মযেং তাদুনা অবা হকনা চোকলবা পোইরে মীযাম অমদি খোইযুম লাইযাম পুম্বা বাংলেন মীকুপ খবদং অবা পোৎথাবিযু, নাউবা ঐনা মযামগী মহুৎ মরেং শিন্না লৈথোল মঙম তেংবাংজরমগে হাযজখি। পীক্লিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা চীংগী কল্লবা লৈপাককি লৈকল লৈচাউ কযাবু পাৎকি লৈপাক অপেৎপা লৈথোম লৈহোম পেকপাগুম মখুৎনা পেত্তুনা লৈকং লৈচাউবু লেংবানথক্তা থোংনা লৈহোন্দুনা খোঙচৎ মঙারক্তা মপল পম্বৈ মপাগী মথৌ মঙম লৈথোনবদু লোইথোক্লে। পোইরে মীযামগী মথৌ মঙমবু মতেং পাংবিদুনা চীংবন পন শাবা লোইথোকলে। অঙাং মাগী মতৌ উবদা পোইরে মীযাম পুম্বনা চীংজেং নারল পাঙ্গনববু তাইবংমী নত্তে লাইনি হাযনা অকি তুজুংবা পোক্লখি। মপা থাঙথি খোংজ্রোম্বনা মচাগী মমিংবু লোইবী চীংগী চীংমিং লৌনা থোনগে থন্দুনা "চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা" হাযনা মচাগী কোলোয মমিং থোনবিখি।

অসুম্না চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা পম্বৈ মপা অমদি পোইরে মীয়ামগী মথৌ মঙম লৈপাক লৈথোনবা, চীংবন পন শাবা লোইথোকলবা মতুংদা হাওবৈ অবাং পাংবেদা লাইজা ঈরম ঈথোং অমা মালেম লৈপাক লৈহন্দুনা ঈচেল লীখুন শেমখরে।

মরামগী চীংশাং নোংচুপ চীংয়াঙ থায়না মালেম লৈতৌদুনা থ্বায় তুরেল তাব্না সেমলকপদা তুবী হুপত্রেং লাংবা চীত্রোং হাইনাইবগা উন্নদুনা লাইজা ঈতিন্নবা শিন্নখরে। লাইজা ঈরম ঈথোং শেম্বা লোইরবদা অমুক হন্নকুনা কাংপোকপী চীংশাং মথাঙ লাক্না লৈপাক লৈথোব্দুনা তুরেল অচৌবগা ঈতিন্নববু লৈথোব্দুনা ঈথংলমলগা তারকলিবা তু-থোং পুম্নবু অন্নাং পাংনা ঈচেন্নবা লৈথুন ঈরম অমগা শেম্দুনা থা পাংনা চেললম্বা লাইজা ঈশিং ঈচেলবু অন্নাং পাংনা হন্নকুনা নোংচুপ মাথকৈ তমনা চেলহল্লে। মফম অদুদা ঈরোঙ অহুম ফাংনা থমলমলগা মফম অদুদা মালেম লৈতৌবম্বা হংগেল নিংথৌগী লাইশকক্কা তুবী শাওললম্বা "কৌক্র লাইখমসনা অন্নাং মক সনাহল লাইখমসনা" কৌববু থেমনা নৌনা পুবকুনা ঈরোঙ লৈফমবু শিন্নরমলগা থিংবা পনথিং পন সাবা লোইখরে। মফম অদুবু "থিংবা পনসাফম" কৌখি। লাইজা ঈশিংনা ঈহন্নকুনা ঈতিন্নদনবা মবমবু শিন্নদুনা মফম অসিদা থোইযুম তুবীবু থমদুনা ঈথিংখি হাযবগী তুবী লাংওন্না থিংদুনা লৈবা মফম অদুবু লাইজা ঈরোঙ ঈফাংবা মফমনি হাযবগী "কারোং" হাযনা কোলোয তেংথানদুনা ঈথোং মবিলগী কোলোয মমিংবু "থিংবা কারোং" হাযনা কৌনখি।

চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা পম্রৌ মপাগী মথৌ মঙম পাঙথোকুনা চীংবন পনথিংবা লোইরে খনবদগী মশাদা পকপা অমোংপা লৈথোম, উফুল ব্বাযফুল চামথোকুনা ঈকজগে খনবদগী তুরেল থোংলম ইন্না কুমথখিববু লাইজা ঈথোং মপানদা ব্বায অহুম চাউবা, মরেপ লম তবামাথোই ব্বাংবা চহী কুইনা পুন্সিবকলবা "থাঙযান" কৌবা অচৌবা উপাল অমা হৌরম্বদগী চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা উতোল যৌনা চোংখৎলগা পামেল উতোল পাযনা চিংথরগা থোংফে ওইনা হাইথদুনা পামেল উথক্তা তোংনা ঈক মাযতাদুনা লৈরিঙে পোইরে মীযামসু থবক সুরুবগী হুমাং শৌদুনা তুরেলদা ঈকজগদবগী কুমথবকপদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা উপাল মথক্তা তোংদুনা ঈকজবম্বা উবদগী মীযামসু উথক কানা তোংদুনা ঈকজবম্মি। তাপ্না অদুদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবদি ঈকজবা লোইবদুনা উথক্তা তোংদুনা ঈরুজবিবা মীযাম যেংনা "পম্রৌ ঙাইও ইপাখোয। উথক্তগী কুমথবিরো ঐসু কুমলগে। অঙাং ঐনা কুমখ্রবদি পামেল অসিগী উতোলনা কোব্রৌ থক্তা হাযগৎলকপদা সোক পনবা তাব্রে" হাযনা হাযজরকই। উথক্তা তোংদুনা ঈকজরিবা পোইবৈ মীযামনা অঙাংগী ব্বা তাবদা থাজদদুনা "করিনো অঙাং অসি থোযরেদা, পম্রৌ মপাগী মঙম পাঙথোকলে হাযবগী মতীক ঙম্রেদা। অঙাং মানা কুমববু ঐথোযনা থামবসু তৌদেনা" অসুন্না পাউখুমলবদা

চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা মবুক্তা তাথীরদুনা ফরে ঐনা হাযববু ইপাগী ঙাই নখোযনা থাজব্রবনিনা ঐ কুমথগ্নগে হাযনা পামেল উথক্তগী চীংজেং নারল পাঙ্গনবদি তুরেল লৈরাই তন্না চোংথোকখরে। মহাক্ত উথক্তগী চোংথোকখিবা খূদক্তা উগী উতোলনা বাগী খোইজে মতোন্না হাইগৎপগুম হাইগৎখিদুনা মথক্তা তোংলগা ঈরুজরম্বা পোইরে মীযামদি কাপখৎতুনা চীংমাযগী লোকনুং অসুকপদা যৈশিন্দুনা মকোক মরু কাযনা শিনরে। মসিদগী উপাল অদুগী মমিংবু "মিশি" হাযনা কৌনখি।

**মৈদিংঙু নাউখৎবগা পাঙ্গন চাংয়েংনবা ঃ**

খোইযুম লাইশিংসু, তাইবং মীশিংসু পন থিংবা, ঈবম শেম্বা লোইবগী অবা পোৎথানদুনা পূন্না ফমদুনা খুনদিন্নৈ। মফম অদুবু "লাই খুনদিল্লোক" হাযনা মমিং থোনখি। মতম অদুদা অঙাং নাউবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা "খোইযুম উমংলাই লৈথোলবশা ঐগা মূকনা সান্নদুনা পাঙ্গল চাংযেংনশি" হাযবকপদা মফমদুনা লৈবিবা খোইযুম লাই পূম্বনা কিদুনা অমত্তা যাদবে। তাইবং মীসিংদসু অমুক হাযবদা খোইযুম লাইমকনসু যাদ্রবদা নাউবা অঙাং নঙগা তাইবংমী ঐখোযগা কবন্না মূকনা পাঙ্গন চাংযেংনগদবনো হাযনা যাদ্রে। মদুদা নোংপোক অচিবা লাই অহলনা অঙাং নাউবা ওইবা নঙগা মূকনা পাঙ্গন চাংযেংনগদবদি কংলৈ পূংমযোলবু শঙবা লাই তাইবং পূম্বগী লূচিংবা কংলা ফম্বা মৈদিংঙু পিবা নাউখম্বা কৌবা অমা লৈবনি। ঐখোয পূম্বসে মাগী মযাথং থৌদা পুদুনা চীংবন পনশানা মালেম লৈথোল্লমলিবা অসিনি হাযবা তাববদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা অদুদি মফম অসিদা ঐনা লৈথবগী কান্নদবে কংলৈ পূংমযোন্দা কাবগা কংলৈ পিবা মহাক্তা পাঙ্গন চাং যেংনগে। অদুগা ঐবু পোকপী পলেম ইমা পেনু লৈমবেলদসু বাবম পূম্বা তমলুখিগে, পলেম থবায বাবমলগনি, পোকপদগী মপাবি ঐনা পলেম মাবু থাদোকলমলগা লাকখিবনি হাযনা লাইখুনদিল লোক্তগী মোংবা মবালযায তান্না চোংলক্তুনা থুংলরে। পলেম অপোকপী মমাগী মফমলাংদা পম্বৌ মপাগী মথৌ মঙম পাঙথোক্তুনা নাউবা মথৌদাং উৎলম্বা পূম্বা পাউদমজববদা পলেম মমা পেনু লৈমবেলনা মপাবী নাউবা যেংনা হাযবকই "পাবি ইবুংঙো চাউদবা নঙবু নপল পম্বৌগী মথৌ মঙমবু পাঙথোকলমলে, নাউবা মিংহল তমদুনা ঈরু মাযসু তারকলে হাযরবদি পলেম নমা ঐগী ফৈরাথক্তা ফমলবো ইমাগী খোমলাং থকলরো" হাযজববু চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা পলেমগী খোমলাংবু থকখিরোই কংলৈ পিবা মৈদিংঙু নাউখম্বা মহাক্তা

মূক্না লেংফাই চন্নদুনা পাঙ্গল চাংযেংনকখিগে। অরেম্পবু অমা খঙলগা পলেমগী খোমলাং খৌবোম থন্না থকচগে লেপনা থৌজান পীবিযু হাযনা মমাদা হাযজরকই।

পলেম মমা পেনু লৈমবেলনা মপাবি চীংজেং নাবল পাঙ্গনবগী মবুক খঙবনা খাম্বা যাববোই খঙবদগী থৌজাল নোংদম পীবিবে। মমাগী থৌজাল পূদুনা মোংবা মবালযাযদগী চোংলকপনা কংলৈ লমদা থমংখোংগী নুংপাকথক্তা তাবদুনা খেকনা নোক্নুনা লাউবকলে "মযুম পুবা লুচিংবা, কংলৈ পিবা থোবকও, মাযযোক যানা ৱা ঙাঙনসে" অসুন্না লাউবকপা খোঞ্জেল তাবদা খোইযুম লাই অমদি তাইবং মীযাম পুম্বনা নাউৱা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা কংলৈদা লাকলমালে কমদৌনবগে যেংহৌসে হাযদুনা মীসু লাইসু কংলৈ তমনা লাকনবে। কংলৈ পুংমযোলগী থমংখোংদা লাক্নুনা চীকনা চাইনা ঙমদনা তিল্লবে। কবি কবম থোক্লগবনো খন্না লৈনৈ। মতম অসিদা মৈদিংঙু পিবা নাউখম্বসু অঙাংগী খোঞ্জেল তাবদা কংলৈপুংদগী থমংখোংদা থুংলবে। থৌদু নুংপাকথক্তা লেপলিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু উবদুনা "হে অঙাং নাউৱা ওইবা নহাকপু কনানো? মফমসিদা কবি থৌবমগী লাকপনো" হাযনা হংলকপা তাবদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা "হে কংলৈ পিবা, ঐগী মিং চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা কৌই। থাঙযি খোংজ্রোম্বা অমদি পেনু লৈমবেল অনীগী মচানি। ঐনা মফমসিদা লাকপদি খোইযুম লাই ওইববসু, তাইবংমী ওইববসু ঐগা মূকনা শান্নদুনা পাঙ্গল চাংযেংনগে হাযদুনা লাকপনি" হাযনা খুমলকখি। অঙাং নাউৱাগী ৱা তাবদা মৈদিংঙু নাউখম্বনা "পলেম নমাগী খোমলাং মশকসু খংদ্রিবা, পলেম নমানা নাউকোন্দবা নঙগা কংলৈ পিবা ঐগা কবন্না পাঙ্গল চাংযেংনশি হাযনা তেমসিংনবনো? পলেম মাগী খোমলাং থকনা নপাঙ্গল চাউহল্লুখো, খোমলাং মহাও খংলুখো" হাযনা হাযবকপদা অঙাংনা অমুক হাযবকই "তাইবং মযুম লুচিংবা, কংলৈ পিবা নচীন নৱাহৈ হেনগনু। ঐনা লাকলিবসি নঙবু চাযনবদা ঐনা ঙমবা থোকলবা কংলৈ ফম্বালথক্তা পলেম পম্লৌবু থাংগৎলগা, পলেমগী ফৈবাথক্তা ফমদুনা খোমলাং খৌবোম থন্না থক্কে। কবিগুম্বা নঙনা ঐবু ঙম্বা থোক্লবা নবৈপাক কংলৈ থাদোক্নুনা মীবমলেন্দা লৈখিগে" হাযবা ৱা তাবদা মৈদিংঙু নাউখম্বনা অমুক হাযবকই "ঙসি কোবৌদা কোবৌ নোংনা যেং, মালেম লৈনা লেপনা খঙসনো। নাউৱা নঙনা লেপলিবা থৌদু নুঙফাল অদু নঙগী ওইজবো। নুঙফালথক্তা নঙবু ঐনা থবাক লোংনা থম্বিগে। ঙমদবা থোকলবদি খোইযুম

লাইযামশা। মযুম তবেৎকি তাইবংশা তাহৌবো। কংলৈ পুঙমযোল কংলা অসি চীংজেং নারল পাঙ্গনবা নাউরা মাগী মথৎতা শিন্নবমগে” অসুম হাযনা শবী রাশক্তুনা মৈদিংঙুনা মযাথং লাউথোকলে।

চীংজেং নারল পাঙ্গনবসু যৌদু নুঙফালথক্তা লেপ্তুনা মৈদিংঙু নাউথম্নবু ঙাইদুনা লৈখরে। মৈদিংঙু নাউথম্বসু নীংখম শমজীন থোন্না কংলৈ পুঙমযোল্দগী থোবক্তুনা নাউরা মাগা ফিজি পাযনা কোন্নখরে। অমনা ঙমগদবা ঙমদা, লাইগা তাইবংমীগা চাদা থক্তনা অহিং নুংথিল তুমদা হীপতা যেংদুনা লৈনবকপবু থোইযুম লাই মথৈনা লাই পাঙ্গনবগীদমক মথরায রানবকলে। তাইবংমী ওইবশিংনা মযুম পিবা লুচিংবা মৈদিংঙু নাউথম্বগীদমক অরাবা ওইনবে। মৈদিংঙুনা ঙমগববা ঙমদা, অঙাং পাঙ্গনবনা ঙমগববা ঙমদা কোবৌ নুমিৎ শিঙবুম মাপলনি সুবগী কোবৌহনবা নুমিৎনা নোংথৌ থানবা মতমদা শঙলেল মপ্ নোংদম্বা লৌবাংচাম্বনা মীযাম মবক্তা লীৎশিল্লক্তুনা চঙসিল্লকলগা মৈদিংঙু নাউথম্বা যেংনা লাউবকই “তাইবং পিবা নাউথমবা। কোবৌ নোংথৌ মালেম যুথক থাল্লকলে” হাযবা তাববদা মৈদিংঙুনা মনিংশা চেপহোন্ননা কোবৌ নোংথৌ থানবা নুমিৎ সনামহিবু চেৎনা থাগোন্নদুনা মালেম অঙানবগী মিংথৈ শোন্না নাউরা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু কোবৌথক্তা থাংগৎলে। থুদোংননা পুথৎতুনা মাযকৈ মবিবু মশক লাকঙমদনা কোযনা লৈবমলগা ওযওইননা অমুক হন্না লৈবগা মৈদিংঙুগী ঙক, থাবু যেৎলম চেপথদুনা মকোকনা থাদা নোল, মথোঙনা নোংপোকলম মৈরমদা থা, মোইবাং সম্ভোঙ পাংনা লৈথবক্তুনা যৌদু নুঙপাক্কি লৈইগী মথক্তা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা লাইবু নমদুনা লোংনা থাদবে অদুগা অমুক হন্না কোনথৎপিদুনা যৌদু নুংপাকথক্তা ফমহনবিরে। কোরৌ নুমিৎ অসিদি হিযাঙ্গে থাগী থানিল কোবৌ শগোলশেন যুথক থানবা মতমদনি।

মৈদিংঙুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু ঙমলবদা থোইযুম উমংলাই পুম্বদি তাঙজা মবাই লুক্লা লৈখবে। তাইবংমী মথৈনা হবাও মথোই কানা থুবাক থুদুনা হবাউনরে। মৈদিংঙু নাউথম্বনা শঙ্গাইনুংদা লেঙশিন্দুনা হুমাং ঈবীক তৈথোকলে, চরৈ ফি হোংলগা ফম্বাল্লোংদা ফমদুনা “হে চীংজেং নারল পাঙ্গনবা নঙবু ঐনা মুকনা থাববনিনা নঙনা কংলৈ পিবাগী মফমদা যোঙ্খিবা নরানবু কোকচনবা মতম থরা কংলৈলম থাদোক্তুনা লোইবী চীংশাং অকোযবগী মনুংদা লৈনিংবা মফম যেংনা লৈকরো। হাক্লা লাপনসু চৎথিনু ঐনা হেক

নঙবু কৌবদা তাবা যাবা মফম যেংনা লৈকবো।" মৈদিংঙুগী যাথং ফংলবদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা মৈদিংঙু যেংনা "মৈতৈ পিবানবু নাউব্রা ঐবু কৌবিরক্কনি হাযববদি থমোযদা কাউদনা নীংশিংদুনা লৈজগে। কৌবকলবা মতমদা হন্না অমুক লাক্লগা পলেমগী খোমলাং মহাও খঙনা থকচবগে" হাযবল্লগা কংলৈদগী চোংখিদুনা কৌক্র চীংজেংদা তাকবে। মফম কদাইদা লৈসিগবা হাযনা কোযনা যেংলকপবু গ্বাই তুবেলবু উবকলে। মফম অসিদা লৈদুনা মৈদিংঙুনা কৌবকপবু ঙাইবগে হাযনা মফম অদুদগী চোংলক্লুনা গ্বাই তুবেল মপান্দা শঙলেন অমা সাদুনা লৈবা হৌখি।

**জিরি-লোই চনবা ঃ**

কোবৌ শিঙবুম কযানি গ্বাই তুবেল তোর্বান্দা লৈদুনা মৈদিংঙু নাউখম্বনা কৌবকপা ঙাইদুনা লৈববু মৈদিংঙু নাউখম্বনা হাযনখিবা ব্রা নীংশিংদনা কোবৌ শিঙবুম কযানি হৌখ্রবা মতুংদা মৈদিংঙু নাউখম্বগী সনা হকচাং ঈবক্লুনা যান্না খুদোংথীনিংঙাই ওইবা ফিভমদা অমাইবনা যমশেন্নদুনা লৈববদা অদুঙে চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু কৌবিবক্কনি হাযনখিবা ব্রাবু নীংশিংলকপদগী "চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা নঙবু মৈতৈ লৈপাক লমদা থোকলকলো লাউ" হাযনা মনাইশিং থাদুনা কৌরুববু মতম অসিদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবদি মপূকতা তাথিনা লৈবম্বা মতম থোকখিদুনা মৈদিংঙুনা কৌবা অদু যাখিদে। মহাক্লা লৈবম্বা মফম গ্বাই তুবেল মপান্দগী পোইবৈ মৈতৈ লম থাদোক্লুনা চৎলগে খন্না নোংচুপ মাযকৈ পাংনা চোংখিববু জিবিগী উমংদা তাকবে। জিবিগী উমংদা মযাং লৈপাক হৌদুনা নিংথৌগী হি অনী লোঙবা শানবা থাংজি উ যান্দুনা লৈবম্বশিংনা পীকলিবা অঙাং চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু উবদা ঙক্লুনা মীবা লাইবা হাযনা হংলম্মি। চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা ঐদি পোইবৈ মৈতৈনে। কবিগী নখোযনা মৈতৈ ঐগী লমদা হি শানবা উ যানবনো হাযনা থৎনবে। মযাং মযাম্না চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু মচীন থী হাযদুনা থাংজি উ ব্রায তবেৎ সুবা অমনা নন্দুনা থম্বৰু লেংখোংননা হন্দোকলে। চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা হাযবকই নখোযনা লম অসিবু নখোযগী নবমনি হাযববদি হি শানবা উ অসিবু নখোযগী নিংথৌগী মনাক যৌনবা চিংউ। নখোযনা উ অসি চিংবা ঙমলবদি নখোযগী নবমনি হাযবা চুমমি হাযববদা মযাং মযামনা উ চিংনবা হোৎনবদা চিংবা ঙমদ্রে।

চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা ঐনা হায়বা ৱানা চুমলে হায়ববদা মযাংশিংনসু ঐখোযনা লাললে নহাক্না ঐখোযবু কবি কবম তৌবিগদগে হংজববদা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা ফবে হায়না ঙাকপিবে। নখোযনা চিংবা ঙমদবা উ অসি ঐ চিংবিগে হায়দুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা ইবোই থরোবীসু হিসু মখ্যাঙদা থৌবি অমনা পুল্লগা চিংবিবে। মযাং লৈপাকনা মহাকপু মী নত্তে লাইনি হায়বা খঙলদুনা সনা লুপানা চীংগুম ৱাংনা হৈদুনা কৎলে। উগী মমল পীগে হায়না সনা লুপা চীংগুম পৈনা উগী মমল থীবমমি। অদু নুমিৎতগী মফম অদুবু উচির উমল থীবা লম, থংচি পাত্র ৭ ঙম্বা পামেল উযাল্লম-ও কৌববু থোংনাং মযাংশিংনা মফমদুবু "চিবি চাংকৎলম" হায়না কৌখি। থৌদোক অসিদগী জিবিবু জিবি কৌদুনা মৈতৈগী লম ওইদুনা লাকখি।

**পাসা লৈবাক জয তৌবা ঃ**

অসুন্না থোংনাং মযাং নিংথৌগী কোনুং যৌববদা নিংথৌনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবদা মন্ত্রি ফৈদ্রি থোংনাংগী মচানুপী লৈবি লৈসংখোম্বীবু লুহোংদুনা পীববদা মচানুপা অনী থৈবোং অমদি মোম্মৈ পোকখি। মচানিপা অনী অমসুং মাগী নুপীবু থোংনাং মযাং লৈপাক্তা থমলমলগা দোলাই যাইওইবা অমা তোংদুনা সিলোৎকি লম যৌনা চৎখিবদা পাস্যনা মংগল লৈবাক্তা লোইপোৎ পীযু হায়না থৌবম্ববু থেংনকবে। মংগল নিংথৌনা লোইপোৎ পীবা ঙমদদুনা মথৱায ৱানা লৈবম্বা উবদা চীংজেং নাবল পাঙ্গলবনা "হে মংগল নিংথৌ-ও! কবিগী ৱাবিবনো। পাসা লমদা ঐ যাওনা লান্দাসে" হায়ববদা মংগল নিংথৌনা পাসা লৈবাক্তি যাম্না চাউই লান্দাবা ঙমলোই হায়না খামববু চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা যাদ্রে। পাসা লৈবাক্তা লাইবাব থাদুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা ঐগা লান সোক্লসি হায়না লানগী পাউ পীহল্লুবদগী লানমী অমদি খুৎসু খুৎলাই যাম্না পৈনদুনা লানগীদমক শেম সানবে। নিংথৌনা ফম্নবা সগাই ৱাংনা শানবে। অসিগী তুংদা চীংজেং নারল পাঙ্গনবনা চঙখিদুনা পাসা নিংথৌদা ঐদি লাইবাবনি সগাই মথক্তা কাবকউবা হায়না হংবদা নিংথৌনা কাবকউ হায়বদগী সগাইগী থাক অমতং কাবকপদা সগাই তেক্কে তৌবদগী নিংথৌনা কারক্লগনু হায়না খামলে। চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা ফরে নখোযনা খামলবদি হন্দোকলগে হায়না হন্দোকলকপদা খুৎসু খুৎলাই মযাম পৈবিবা খৈবিককি মচীন্দা তিন থাক্নুনা খুবাকনা নাল্লুববু মথন্নতা খুৎসু খুৎলাই পুম্বা তুংদা হন্দোকখিবা উবদা পাসাগী

তেংগোল কাযদুনা চেন্নখবে। পাসাগী তেংগোলনা কাযদুনা চেন্নখিবদগী চিংজেং নাবল পাঙ্গনবনা মংগল নিংথৌগা লোযননা পাসাগী কোনুং মনুংদা চঙদুনা পুংজাউ যৈবে। পাসা লৈবাকনা মংগল নিংথৌদা যেন, ঙানু, মকন, মফৈ, অমদি মযুংপঙনচিংবা পোৎলম কযানা লোইহাপোৎ ওইনা কৎলে। অসুম তৌদুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা কনখ্রবা পাসা লৈবাকপু জয তৌদুনা মংগল নিংথৌগী মখা থাহনখি।

**চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা নোঙ্মাবা ঃ**

মতম খবা পাসা লৈবাকনা মংগল নিংথৌগী মখা পোন্না লোইপোৎ কাদুনা লৈববা তুংদা পাসা লৈবাকনা মংগলশিংদগী শিংবা হেনবদগী যুমগী খুনোপপু লৈনুংদা লৈবে খবা চিংখৎপিযু হাযনা হাযজিন্নদুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু কৌবদা মংগল নিংথৌনা পঙদুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু পাসা লৈবাক্তা থাখ্রে। পাসা লৈবাক যৌববদা লৈপাক নিংথৌ পুন্নমক্না খুকমজদুনা ঐখোযগী লৈবাক্তা লৈবিবো হাযনা হাযজদুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনববু পাসাদা লৈহল্লে। পাসা নিংথৌ অমদি লৈবাক মীযাম্না পাসাগী লাই ওইবা নুং, হেক শোকলুবদা শোকলুবা মীদু নুং হেক্তা ওনবা নুংবু চীংজেং নাবল পাঙ্গনবদা খবা থাংবিযু হাযনা হাযজবদা যাবিদুনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা কবিসু ফত্তবা খল্লুদনা নুং অদুবু থাঙ্গৎকে হাযনা পাযকৎবদা চীংঙু চীংজেং নাবল পাঙ্গনবগী হকচাংদি খুদক অদুমক্তদা নুং ওন্দুনা পুন্সি লোমখি। চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা লৈত্রবা মতুংদা পাসা লৈবাক্না মংগল লৈবাক্তা অমুক হন্না লান্দাবক্তুনা মংগলশিংনা মাযথিবদগী অমুক হন্না চহী খুদিংগী পাসা লৈবাক্তা লোইপোৎ কাহনখি।

---

## ৪. চীংজেং নারল পাঙ্গলববু উমংলাই ওইনা লাৎপা

পোইবে মৈত্রবাক্তা লৈরিবা উমংলাইশিং অসি তোংঙান তোংঙানবা মখল মখা কযামরুম থোক্লা লৈ। উমংলাই হাযনা খঙনবিবা লমহাংদা লৈবিবশিং অসিবু ঐখোয়না কবিগীদমক খুবম যাদুনা খুকমনরিবনো হাযবসি নৈনবা যাই। লৈবাক অসিগী তোংঙান-তোংঙানবা লমদমশিংদা তোংঙান-তোংঙানবা উমং লাই কযামকম খুবম যাদুনা হবাও কুম্মৈ পাঙথোক্লদুনা লাৎনবি। লম অমদা লৈবা উমংলাইগা অতোম্পা লম অমদা লৈবা উমংলাইগা মান্নবসু যাওই, অদুগা মান্নদবসু যাওই। মসিগী মরুওইবা মবমদি মৈতৈ হাযবা কাঙলুপসিগী চাদা নাওদা হাযবদি যেক ৭ শলাই ৯ অসিগী ওইবা তোংঙান তোংঙানবা মাগী মাগী শলাই শন্দোকপীরকখিবা মপা, মপু, মবেনশিং অদু মাগী মাগী শলাইগী মচা-মগুশিংনা তুং কোইনা কাওদনা নিংশিংদুনা খুবম যাদুনা লাৎলি। মখোযশিং অদুবুনি ঐখোযনা উমংলাই হাযনা খঙনদুনা লাৎনবিবসি। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবিবা উমংলাইশিং অসি মখল অহুম থোক্লা খাযদোক্লুনা যেংবো য়াই। নিংথৌগী মচা মগুশিংনা মনুং মতম চাদনা লমখাংদা মফম মরাং খঙদনা মাঙখিবা, শিখিবদগী ওইখিবা উমংলাই। শাগে শলাইগী ওইবা মাগী মাগী শলাইগী পূকোকশিং হাযবদি শলাই অমদি যুম্নাক শাগেশিং শন্দোকপীরম্বা মীশক মীওইশিং (মবুথৌ-মবেনথৌশিং)না ওইখিবা উমংলাই অমদি লৈশেম নোংশেল্লকখিবা মতমদা অটোবা থৌদাং যাদুনা মখোযদগী অহানবা চাদা নাওদা শন্দোকপীবম্বা ইবুথৌ-ইবেনথৌশিং অদুনা ওইখিবা উমংলাই হাযরিবা মখলশিং অসিনি। মখোয়শিং অসিবু ঐখোযনা উমংলাই ওইনা খুবম যাদুনা মাগী

মাগী শলাইগী মচা মশুশিংনা খুবম যাদুনা লাৎপসি মৈহৌবরোলদগী লমদমসিদা চৎনদুনা লাকই।

মৈতৈ হাযনা খুঙনরিবা যেক ৭ শলাই ৯ অসিগী কাঙলুপশিং অসিনা শিঙ্খবা মপা, মপু, মবেনশিংবু লাই ওইনা খুবম যাদুনা লাৎনরকই হাযবসি কংলাগী মনুংদা লৈরিবা লাইফমশিং অমদি লৈবাক অসিগী অৱাংবা চীংশিংগি মথক্তা লৈরিবা লাইফমশিং অসিনা লেঙদ্রবা খুদমনি। কৌব্রু চীংথক্তা ঐথোযগী ইপা ইপুশিংনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরম্বগী খুবম মাঙদনা ঙসি ফাওবদা লৈরি। মচা মশু ওইবা ঐখোযনা মফম অদুদা চত্তুনা খুরুমনরি।নোংমাইজিং চীংগী চীংথক্তা তোংঙান তোংঙানবা মফমশিংদা মীশিংনা খুন্দাদুনা লৈবম্বগী খুবম মফম ঙসি ফাওবদা মাঙদনা লৈরি। মফম অদুদা ঐখোযনা চত্তুনা লাইগী খুবমশিং অদুদা হৈকং লৈকং তমদুনা খুকন্নরি। থাংজিং চীংগী চীংথক্তা ইবুধৌ থাংজিংনা মহাক্কী মরোই মনাউ শন্দোক্তুনা খুন্দা লৈতারম্বগী মফম খুবম মাঙদনা লৈবি। মফম অদুদা মীযাম্না চত্তুনা ঙসি ফাওবা কাওদনা খুরুমনরি। অসুন্না হৈবোকচীংদা হৈবোক লাইরেম্বীগী খুবম মাঙদনা লৈরি। মফম অসিদা মীযাম্না লৈ-শু কত্তুনা খুকন্নরি। অসুম তৌদুনা লৈবাক অসিগী থা থংবা শরুক্তা মতীক মথৌনা লৈনা পাল্লম্বা থানা চাউবা ৱাংব্রেনগী খুবমদা মীযাম্না লৈ-শু কত্তুনা চহী খুদিংগী হৱাউ তযাম পাঙথোক্তুনা খুরুন্নবি। অসুম তৌদুনা নোংপোক চিংখৈচীংদা লৈরিবা নোংপোক নিংথৌগী খুবমদা মচা মশু ওইবশিং ঐখোযনা চহী খুদিং হৈকং লৈকং তমদুনা খুকন্নরি অমসুং হৱাউ কুম্মৈ পাঙথোক্তুনা হৱাওরি। অসিদসু নত্তনা খোরিফাবা, লোযালাকপা, অযাংলৈমা পাম্ভোইবী, চীংনিংথৌ লোকনিংথৌ, হাযবিবা উমংলাইশিং অসিগী খুবম যাদুনা ঙসিমক লৈবি। মখোযশিং অসিনা লমদম অসিদা ইহান হানবা চাদা নাওদা শন্দোকপদা পুকোক ওইখিবা মীশক মীওই ঙাক্তনি।

মৈত্রবাক্তা লৈরিবা উমংলাইশিংগী মনুংদা নিংথৌগী মচা মশুশিংনা ওইখিবা উমংলাইশিংগী মনুংদা থবদং পনবা তাববদি ৱাঙোইদা লৈরিবা লাইনিংথৌ সনামহী, (খাগেম্বগী মচা) তবুংনিংথৌ, নাউথিংখোং, খাগেম্বা (মযাং ঙম্বা), খুঞ্জাওবা খুমোম্বা, লাই ঈশিংচাইবা, নাওহল অসিনচিংবা পনবা যাই। অসুন্না ওইখিবা উমংলাইশিং অসিগী মনুংদা হৱাউবা যাদবা অমসুং যাবা হাযনা নিংথৌ পাল্লিঙৈদদি চৎনরমই। ৱাঙোইদা লৈরিবা লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং লাই ঈশিংচাইবা মখোয অসি হৱাউবা যারমদে। মসিগী মরুওইবা মরমদি লাইহৱাউবা হাযদুনা হৱাউনরিবা অসিমক পী

অমসুং পা শুদবা লাইদি হবাউবা যাদে হাযদুনা হবাউরমদে। অসুন্না লাই নুপীদসু হরাউবা যাবা যাদবা অদুমক খাযদোকই।

অসুম তৌদুনা শাগে শলাইগী মচা মশুশিংনা হরাউ তযাম পাঙথোক্তুনা খুবম যাবগা লাৎনবা উমংলাই কযা অমসু লৈবি। মসিগী মনুংদা চীংজেং নাবল পাঙ্গলবা পনবা যাই। অদুগা লাই নুপীদা যুমজাও লাইরেম্বী (পেতঙ্গা), যাওবৈবী, তোইবীলৈমা পনবা যাই। মথক্তা পনখ্রিবা উমংলাইশিং অসিদি তেংবানবা অসিদা মীওইপোক্তদি পোকখিবা অদুবু মখোযশিং অসিনা মীনা ফংঙমদ্রবা, তৌঙমদ্রবা থবক থৌবম কযামরুম পাঙথোকপা ঙম্বগী শক্তি, মতীক মগুন, চেনখিবা মীশক ঙাক্তা ওইখিবা অদুমরুসু মখোযগী মচা মশুশিংনা লাইমরি থন্দুনা খুবম যাদুনা মখোযশিং অসিবু নীংশিংদুনা খুকম্মী।

চেংলৈ শলাই মনুংদা চীংজেং নাবল পাঙ্গলবগী মচা-মশু ওইবশিংনা চীংজেং নাবল পাঙ্গলববু খুবম যাদুনা উমংলাই ওইনা লাৎলি। মসিগী যাম্না মক ওইবা মরমদি লৈশাং অমসুং শরাং হাযদুনা অবিবা মতমদা খঙনরম্বা চেংলৈ শলাই অসিগী যুম্নাক শাগেশিং অসি চীংজেং নারল পাঙ্গলববু পোকপা খোংজি নুংলাইবা (থাংযি খোংজ্রোম্বা) হাযনসু খঙনবা মীশক অসিগী মতমদগী চেংলৈ শলাইগী যুম্নাকশিং শন্দোকপা হৌখি। চীংজেং নাবল পাঙ্গলবা মশামক চীংঙু লাইগী মপোক্তা পোকখিবা থোইদোক্লা কনবা থৌবদা মপা লৈতবা মীশক্লি। মহাক্কী চাদা নাওদা মচা মশুশিংনা পোৎশঙবম হাযবা যুম্নাক অসি ইহান হান্না শন্দোকখি। চেংলৈ শলাইগী মনুংদা ইরেম তোইবীলৈমা লাৎপা কাঙলুপসু য়াওই। মসিসু মখোযগী যুম্নাক শাগে অদুবু শন্দোকপীরম্বা ইহান হানবা মবেনথৌ অদুবু খুকমদুনা মচা মশু ওইবশিংনা খুবম যাদুনা উমংলাই ওইনা লাৎপনি। চীংজেং নাবল পাঙ্গলবনা থোংনাং মযাং ফৈদ্রি খোংনাংগী মমোম লৈরিলৈশংখোম্বীবু তালোয ওইনা লৌই অদুগা মপারি থৈবোং অমসুং মোম্বে অনীবু পোকই। থৈবোংদি মহাক্কী মচা-মশু ধারা অমত্তা থনমদনা নোঙ্গাখি। অদুগা মোম্বেনা পোৎশঙবম যুম্নাক অসি মহাক্কী চাদা নাওদা মথৈদা শন্দোকখি।

---

## ৫ চীংজেং নারল পাঙ্গনবগী চাদা নাউদা – "পোৎশঙবম শাগৈ"

চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা পাসা লৈবাক্তা থৌদু নুং ওন্দুনা থুপখ্রবদা মহাক্লা লৌবম্বী লৈরি লৈসংখোম্বীদি মযাং লৈবাক্কি ধ্যান সেনাপতিদা অমুক হন্না মযুম পান্দুনা মচানিপা সেনাপতি অমা অমুক পোকখি। পাঙ্গনবগী মচা অনী থৈবোং অমসুং মোম্বে অনীসু চাউবা মপুং ফারক্লবদা মচীন মনাও অনীনা কনমন থৌমনবদগী থোংনাং মযাং লৈবাক্কি মীশিংনা মচীন মনাও অনীবু যাম্না যেংথিরম্মি। মযাম্বা থৈবোংগী মফমদা অচৌবা ব্রাথোক অনী থোকলে। অমনা মপু নিংথৌগী মচানুপী সুত্রানিবু লানৈ হায়বা ব্রাথোক অমা অদুগা অনীসুবা ব্রাথোক্লা থৈবোংনা মপু নিংথৌগা লোযননা নুঙজাইপাং হাওখুন্দা লান্দাবদা থৈবোংনা মপু নিংথৌবু ঙাইরমদনা হাওখুন চঙদুনা থুগাইকবগী অচৌবা ব্রাথোক অমা অমুক থোকখি। ব্রাথোক অনী অসিনা মরম ওইদুনা মপু নিংথৌনা মচীন মনাও অনীবু মযাং লৈবাক্তা লৈহন্নিংখিদে। মপা মমানা থম্বিরম্বা যাইবু সনাপুঙ ওইনা যোম্বিবগা মচীন মনাও অনীবু মপাগী লম মৈতৈ লৈপাক্তা চৎখিনবা হাযবদগী মমা লৈরি লৈসংখোম্বীনা মচা অনীদা মপাগী লম মৈতৈ লৈপাকপু অসিনি হাযনা তাকপীবদগী পলেম মমানা তাকপিবা পম্বৌ মপাগী ইরোই খরোবা অরাংবগী খোঙ্গুল মতুংইন্না জিরিগী চীংগী লম লাকপদা হাওনা পম্বোঙ থিংদুনা লৈরম্মবু পম্বোঙ হাংঙু হাযবদা যাদবদগী পম্বোঙ যৈথেকলে। হাওখুল চাইথাইরগা হোনা থোরকলে। অদুগীদমক হাওখুল মমিংবু "অহো অরাং" হাযনা কৌখি। অহো অরাং খুল হেন্দোক্তুনা অসুম লাকপনা চীংগী চীংখাঙ অমা যৌরকপদা ঈসিং

খৌরাংলকপদগী লাইবু থুক্রমজরবদা মথন্নতা ঈফুৎ ওইনা ঈসিং থোকল্লকলে। অদুগীদমক "খোইযম মকুয়োক" হায়না খঙনখি। অসুম লাকপনা গ্বাই যৌবকল্লবদা উঙাম শাদুনা ঈসিং লাল্লকপদা উঙামগী লাইজি তংলকপদগী মযাম্বা থৈবোংদি ঈশিংদা তাদুনা শিখি। অদুগীদমক উঙামবু "পোঙ" হায়না কৌনখি।

মযাম্বা থৈবোং শিববদা মনাও মোম্বেনা মযাম্বগী সৱা লুমথাংখৌবু লৌদুনা লাকপদা ইব্রোই অরাংবগী খোঙ্গুলদা যাইপল যাই অমুবা সৌবম্ববু উচেকনা তাকপীবদগী হেকল্লকল্লম্মি। অদুগী উচেক মমিংসু "যাইপল" হায়না কৌখি। অসুন্না লাকপনা লোইজিং মতোল লোমনা কাবকলে। চীংদোলদগী যেংবদা মৈতে পোইবে সনা লৈবাকপু উবা ফংলে। তমদা কুমলক্লনা চকপা যুম অমদা থুংলবে। কবি লৈপাকনো হংবদা মৈতে লৈপাকনি হায়না খুমলে। নিংথৌ কযা পানবগে হংবদা নিংথৌ অহম পাল্লি হায়না খুমলে। নিংথৌ কনানা হেনবগে হংবদা অৱাং লমদা লৈবা নিংথৌনা হেললে হায়না খুমমে। অসিগী তুংদা থন্নাপোকপিদা পোৎথাদুনা ঈসিং থকলম্মি। মহাক্না পুবকপা মযোম থোক্লনা সনা লুপা লৌথোকলগা ফুমদুনা থমলম্মি। হিদেন কাবকপদা নুমিৎ তাখিদুনা খাংপোক অমা সাবে। উথুম পাম্বী মখোঙদা যাই অকুববু থমদুনা চাক চারগা হীপলে। নোং ঙাল্লবদা উথুম মখোঙদা যাই থমলম্বা মফমদা খোংনাং মপাল অমা হৌবমলে। মদু উবদা মফম অদুবু ইবুধৌনা পামলমালে হায়দুনা কোযনা লাংখোং তৌবগা নুমিৎ মঙানি লৈবম্লগা নিংথৌ খুকমগে হায়দুনা কাবকলে। অঙোম নিংথৌ উনববদা অঙোম নিংথৌনা পুসিন্দুনা মৈতে নিংথৌ নাউফংবদা মহাক্না পুবকপা যাইপল যাই অমুবা কৎতুনা খুকমজবে। থৌদৌ অসিনা নিংথৌ নাউফংবনা মোম্বেবু চানবিদুনা নিংথৌগী ৱাংগোল পুককৈ সঙহল্লে। অঙোমগী নোংবাল হাওবা লাংবকোইগী মচানুপী পীদুনা মচা লুকোক্না মোম্বৌগা অনী পোক্লনা মখোযগী মচা মগুসিংনা "পোৎশঙবম" হাযবা যুম্নাক ওইখি। মসিদগী পোৎশঙবম শাগে মথং মথং চৎথবকখি।

পোৎশঙবম হাযবা শাগে অসি চেংলৈ শলাইগী হুইমুলৈমনা পোকপা নুঙঙৌ যুমথংবদগী চথরকপা চারোল শুরোল চীংজেং নারল পাঙ্গনবগী চাদা নাউদা ওইবা মরমনা শাগে অসিগী শলাইসু চেংলৈ শলাইনি। লোযননা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী হাক্তক্তগী মৈতৈগী যেক শলাইশিংদা ইহান হান্না গোত্র যেনখিবা মতমদা চেংলৈ

শলাইগী গোত্র অসি "ভরদ্বাজ গোত্র" পীখিবনা মরম ওইদুনা পোৎশঙবম শাগেগী গোত্রসু ভরদ্বাজ গোত্রনি হাযবসি যেৎননিংঙাই লৈত্রবা ৱাফমনি। অসিদসু নত্তনা চেংলৈ শলাইগী ঈ তিন্নবা যুম্নাক পূন্নমক্কা হাযবদি থাংজম, তোংব্রম, অযেকপম খুন্দোংবম, লৌশিগাম, কোনসম, ফিজম, সোরাইসম, ঙাথেম, কোনসম, লাঙ্গোলজম, তৌবাংবম, লৈতাম, মযাংলম্বম, নাউশেকপম, চোংথাম, লৈশাংথেম, মৈনম, নাউরোইবম, মাইবম, খাগোকপম, থুমকনবম, কোনশম, চেংলৈবম, নাউশ্রম, চিংঙাখম, এলাংবম, শরাংথেম, ৱাইরোকপম, শমোম, চনম, শরোকথাইবম, মাইবথিযাম, খরাইজম, শমনোইবম, অসিসু চেংলৈ শলাইসী ওইবনা পাঙ্গনবু লাৎলি মফম অযাম্বদা। হাযরিবা যুম্নাকশিং অসিগা চেংলৈ শলাইগী মনুং চল্লিবা পোৎশঙবম শাগেগা যেক থোক্লে, চারৌ মৌরৌনবা যাদে। মবমদি চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা অমদি থাঙযি তাউবুং খোংদৌবা মচিন নাও অসিদগী শন্দোরকখিবা যুম্নাক ওইবনা যুম্নাকশিং অসিগা পোৎশঙবম শাগেগা যেক থোক্লরিবনি। পোৎশঙবম শাগেনা শাগে অপোকপা অমদি ফুঙ্গা অপোকপা খুকম্বগী লাইথৌ পাঙথোকপদা চেংলৈ শলাইগী অপোকপা খুরুম্বগী পোৎচঙ চৈজঙ, নুমিৎ থাবাল পূম্নমক্কা অমত্তনি। শোযহন লানহনবা যাদে।

**পোৎশঙবম শাগেগী খাইগৎখিবা মৈহৌবোল**




● সবাতোন
(মঙাংনিংথৌ চনু)
সবাপূকতাং
(মঙাংনিংথৌ চনু)
সবাঙানৈ
(মঙাংনিংথৌ চনু)
খোংজি নুঙলাইবা (থাঙযি খোংজ্রোম্বা)
(যাওরৈবা চনু + পেনু লৈমবেল)
নাউফং অহনবা
চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা
থাঙযি তাউবুং খোংদৌবা
(খোংনাং ফৈত্রি চনু লৈবি লৈসংখোম্বি)
থৈবোং
মোম্থৈ
(নোংবাল হাওবা লাংবকোই চনু)
পোৎশঙবম

## ৬. চেংলৈ শলাই

চেংলৈ অসি যাম্না লিরবা, মশাগী হৌবক শাৎলকপগী ৱাবী ৱাখোঙ নীংথিনা লৈজবা শলাইনি। অঙনবা মতম, শলাই থাযদ্রিঙৈ কাঙলুপ অসিবু ‘থাঙঙা কম্বোং’ হাযনা খঙনবন্মি।[১] থবা থেঙথবকলবা মতম কাঙলুপ অসিগী নিংথৌ থাঙযি খোঙজ্রোম্বগী মতমদদি কাঙলুপ অসিবু ‘থাঙয়ি’ হাযনা অমুক খঙনরকপগী খুদম ফংঙি।[২] মসিগী মতুং তারকপা থাঙযি খোঙজ্রোম্বগী মচানিপা থাঙযি তাউবুং খোংদৌবগী হাক্তক্তদি কাঙলুপ অসি ‘চেংলৈ’ হাযনা অমুক খঙনরকই। ‘লুৱাংলোন খোঙ্গুল’ কৌবা অরিবা লাইবিক্তা মসিগী লীখুল পীরম্বদি।

“কেরৌ নোংনাংপানগী পামেল চক মযূংনা
পাকপগীনা মালেম লৈদা তাবকএ।
ময়েংনা নানমৱায, মতোন্না নোংপাইৱায,
হৈরাংনা পাউসোনৱায, মূংবীনা অসৈৱায,
সূকমুনা ৱাযথুংৱায, থরাম্না নোংসাৱায,
থাঙযি তাউবুং খোংদৌবনা চেন্না চেন্না
যেংলমএ, চেংলৈও তৌনা কৌএ।”[৩]

চেংলৈ সলাইবু ‘সরাং-লৈশাংথেম’ হাযনা ইরম্ব মৈত্রৈবত্রোলগী লাইরিকশিংসু থেংনৈ। অদুবু মরুওইবা লাইরিক অযাম্বদদি ‘চেংলৈ’ হাযনা পল্লম্না অযাম্বনি।

কাঙলুপ অসিগী নিংথৌরোলগী ৱারী ইবা লাইরিকপুসু 'চেংলৈরোল' হাযনা ইরম্মতা নত্তনা শলাই অসিগী মৈহৌবরোল ইবা লাইরিকপুসু 'চেংলৈরোল' হাযনা ইরম্মি। শলাই অসিগী মমিং "শরাং লৈশাংথেম" হাযনা কৌবদগী 'চেংলৈ' হাযনা কৌবনা হেন্না মপুং ফাবা, মীৎয়েং পাক চাউবা, হেন্না মপাঙ্গল কনবা কাঙলুপ অমা ওইবতা নত্তনা ঈ তিন্নবা যুন্নাক মশেল লৌন-লৈনবগী খুদোংথীবা কয়াদগী ঙাকথোকহৌনবা উপাই অমসু ওই। হুইমুলৈমগী মচাশিং লমলেকশাং হাও ওইবা, লোকপা, নুংঙৌ যুমথংবা, লোক্তোন অতোনবা হাযরিবশিং অসিনা লমলেকশাংনা কবুই ওইখিদুনা লমাংদোংগী মনীংদা লৈবা চীংদা খুন্দাখ্রগা মথং লোকপনা হাওরোক কোম্লৌ, নুংঙৌ যুংথংবনা লৈশাংথেম লোক্তোন অতোনবনা লোক্তোনবম ওইখি।[৪] নুংঙৌ যুমথংবদগী লৈশাংথেম চংথবকলগা থাঙযি তাউবুং খোংদৌবগী মচা অহুম পাংথং অহনবা, যুনাউরোই যাইমবা, কামু অতোনবনা মমা ইরেম তোইবীলৈমগী* ৱাহৌনা সোয মুন্নরকপদগী থংনবক্তুনা কামু অতোনবনা শবাংথেম থাইখি। শলাই অসিবু শবাং-লৈশাংথেম হাযবগদি মচানিপা নুংঙৌ যুমথংবদগী চংথবকপা চাদা নাউদাশিংদমক খঙনবনা ঈ তিন্নবা মচীন মনাও অতৈ লোকপগী কাঙবু হাওরোক কোম্লৌ অমদি লোক্তোন অতোনবগী লোক্তোনবম কাঙবুবু শলাই অসিদগী থাইদোক্তুনা থম্নম্বা মরমনা তুংগী মীরোলদা লৌন-লৈনবগী মরীদা চাউনা খুদোংথীবা কয়া লাকনবগী মরম অমা ওইহল্লি। মবম অসিনা শলাই অসিগী মমিং "শরাং লৈশাংথেম" কৌবদগী "চেংলৈ" কৌবনা চান্নবা হেল্লি।

**চেংলৈ শলাইগী মৈহৌববোল ঃ**

খাইগংখিবা - সুমলৈমনা নুঙকারেং নোংদমসাংবা পোকই। নুঙকারেং নোংদমসাংবনা থাঙরাযবী পান্নরগা হাহা পোকই। হাহানা লিরিলৈমা পান্নরগা খমখুম হাহা পোকই। খুমখুম হাহানা খুমখুমলৈমা পান্নরগা ৱান পোকই। হুইমুলৈমনা লমলেকসাং হাও ওইবা, চীংদা কানা পাম যানবনে, লোকপনে, নুঙঙৌ যুংথংবনে, লোকতোন অতোনবনে পোকই।[৫]

লৈশাংথেমলোন - হুইমুলৈমনা নুঙঙৌযুমথংবা পোকই। নুঙঙৌ যুমথংবনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা যুচিকলৈ পোকই। যুচিকলৈনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা যুকাংকৌ পোকই। যুংকাংকৌনা নোংমোইনু পান্নবগা সরাতোন পোকই। সরাতোন্না

* ইরেম তোইবীলৈমা – চেংলৈ নিংথৌ থাঙয়ি তাউবুং খোংদৌবনা লৌবী লুৱাং নিংথৌ যুচিং থংঙাবা অমদি পামং হৈরেম্বী অনীনা পোকপীনি।

মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা সবাপূকতাঙ পোকই। সরাপূকতাঙনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা সবাঙানৈ পোকই। সরাঙানৈনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নবগা খোংজি নুঙলাইবা (থাঙযি খোংজ্রোম্বা) পোকই। খোংজি নুঙলাইবনা যাওবৈবা চনুগা পেনু লৈমরেলগা পান্নবগা যাওবৈবা চনুনা নাউফং অহনবা পোকই। পেনু লৈমবেলনা চীংজেং নারল পাঙ্গনবগা থাঙযি তাউবুং খোংদৌবগা অনী পোকই। চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা মযাং লৈবাক্তা ফৈদ্রিখোংনাংগী মচা লৈবি লৈসংখোম্বী লৌদুনা থৈবোঙগা মোনথৈগা মচানিপা অনী পোকই। থৈবোঙদি ঈ তাখিদ্রে। মোনথৈগী ঈনা নাচৌ তাবা পোৎসভবম ওইখি। থাঙযি তাউবুং খোংতৌবনা ইবেম তোইবীলৈমা, লুৱাং খুবা চনু পান্নদুনা পাংথং অহনবা, যুনাউরোই যাইমবা, কমু অতোনবা মচানিপা অহুম পোকই। কামু অতোনবনা শবাংথেম ওইখি।[৬]

শবাংথেমলোন - থাঙযি তাউবুং খোংদৌবনা ইরেম তোইবীলৈমা পান্নদুনা মচানিপা অতোনবা কামু অতোনবা পোকই। মহাকনা যাওবৈবা চনু পান্নদুনা চেকলৈ পোকই। চেকলৈনা কমবোংথেম চনু পান্নবগা শবাংথৌ পোকই। শবাংথৌনা নিংথৌখোংজম চনু পান্নবগা কংলা পোকই। কংলানা খাননুসু পান্নরগা যেনলাংবা পোকই। যেনলাংবনা সৌকাইসু পান্নরগা কমবোংপান্না পোকই। কমবোংপান্নানা নোংজেংসু পান্নবগা হাওমাবা পোকই। হাওমাবনা লাংকমসু পান্নবগা থাক পোকই। থারুনা নিংথৌ চনু পান্নবগা সনা নিংথৌবা পোকই। সনা নিংথৌবনা নিংথৌজম চনু পান্নরগা সানান মতেকপা পোকই। সানান মতেকপনা খমবা উতেক যানবা চনু পান্নরগা লাংমৈ পোকই। লাংমৈনা লুৱোংজম (লোংজম) চনু পান্নরগা তেকআ পোকই। তেকআনা মুতুম চনু পান্নবগা অখা পোকই। অখানা নিংথৌজম চনু পান্নবগা তোনবা পোকই।[৭]

কোনথৌজমলোন - হুইমুলৈমনা পোকপা লোকপনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা লোংলোন পোকই। লোংলোন্না মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা লেমবা পোকই। লেমবনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা থাযায পোকই। থাযাযনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা হাওরোক পোকই। হাওরোকনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা মাযসাং পোকই। মাযসাংনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নরগা যুকোনবা পোকই। যুকোনবনা মঙাং নিংথৌ চনু পান্নরগা যুনানবা পোকই। যুনানবনা মঙাং নিংথৌ চনু পান্নবগা যুনানবা সাফবা পোকই।[৮]

লোক্তোনবমলোন - হুইমুলৈমনা পোকপা মচা অতোনবা লোক্তোন অতোনবনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা সিংচা পোকই। সিংচানা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নবগা লোকচা পোকই। লোকচানা থবৈনিংথৌ চনু পান্নরগা চামোইবা পোকই। চামোইবনা

লেমলৈনিংথৌ চনু পান্নরগা ঙাম্রোইবা লোকই। ঙাম্রোইবনা হাওখানিংথৌ চনু পান্নরগা লাংসাংবা লোকই। লাংসাংবনা খেন্দেনিংথৌ হাওতকল্লাইবা চনু পান্নরগা মোইনুচা লোকই। মোইনুচানা চেংলৈনিংথৌ চনু পান্নরগা সনতং চাব্রোইবা লোকই। সনতং চাব্রোইবনা ঙানুব্রান থিংলৌ মালৌথোম্না পান্নরগা লোক্লোনবা খোম্বীচা লোকই। লোক্লোনবা খোম্বীচানা লাইতোং ইফেনবা চনু পান্নরগা খানিংথৌ সাফবা লোকই।[৮]

## চেংলৈ শলাইগী ঈ তিন্নবা য়ুন্নাকশিং ঃ

চেংলৈ শলাইগী ঈ তিন্নবা, অমগা অমগা লৌন লৈনবা যাদবা য়ুন্নাক অসি চাউরাক্না য়ুন্নাক ৮৭ লোমনি। ঈ তিন্নবা হায়বদি মপা মমা অমতনা লোকপা মচাশিংদগী চখরকপা চাদা নাউদাশিংবু ঈ তিন্নবা কৌই। হুইমুলৈমনা লোকপা লোকপা, নুঙঙৌ-য়ুমথংবা অমদি লোক্লোন অতোনবা মচীন মনাও অহুম অসিদগী চৎথরকপা চাদা নাউদাশিং ঈ তিন্নে। মচীন মনাও অহুম অসিগী চাদা নাউদাশিংদা যেনখিবা য়ুন্নাকশিংবু ঈ তিন্নবা য়ুন্নাকশিং হাযনা খঙনৈ। লোকপগী কাঙবুনা হাওরোক কোম্রৌ ওইখি, নুঙঙৌ য়ুংথংবগী কাঙবুনা শবাং লৈশাংথেম ওইখি অদুগা লোক্লোন অতোনবগী কাঙবুনা লোক্লোনবম ওইখি।

১। **লোকপগী ঈ ঃ**– লোকপগী কাঙবু হাওরোক কোম্রৌজমগী য়ুন্নাকশিংদি কোম্রৌজম, কোম্রেংবম, হাউব্রোকচম, লাইশংবম হাযরিবা য়ুমনাকশিং অসিনি। হাওরোক কোম্রৌজমগী য়ুন্নাকশিং অসিগা অতৈ চেংলৈ শলাইগী নুঙঙৌ য়ুমথংবা অমদি লোক্লোন অতোনবগী চাদা নাউদাশিংদা যেনখিবা য়ুন্নাক পুন্নমক্কা ঈ তিন্নে, লৌন লৈনবা যাদে।

২। **নুঙঙৌ য়ুমথংবগী ঈ ঃ**– হুইমুলৈমনা লোকপা নুঙঙৌ য়ুমথংবনা শবাং লৈশাংথেম হাযবা কাঙবু ওই। নুঙঙৌ য়ুমথংবদগী চখবকপা চাদা নাউদা ওইবা থাঙযি খোংজ্রোম্বনা (খোংজি নুঙলাইবা) লোকপা মচা অনী চীংজেং নাবল পাঙ্গনবা অমদি থাঙযি তাউবুং খোংদৌবা লোকই।

ক) **চীংজেং নারল পাঙ্গনবগী ঈ ঃ** চীংজেং নাবল পাঙ্গনবগী মচা মশুনা পোৎশঙবম য়ুন্নাক ওইখি।

খ) **থাঙয়ি তাউবুং খোংদৌবগী ঈ ঃ** থাঙযি তাউবুং খোংদৌবনা মচানিপা অহুম পাংথং অহনবা, য়ুনাউয়োই যাইমবা অমদি কামু অতোনবা লোকই।

অ) **পাংথং অহনবগী ঈ ঃ** পাংথং অহনবগী মচা মশুশিংনা থাংজম, তোংব্রম, অয়েকপম, খুন্দোংবম, লৌশিগাম, যিঙ্জম, সোরাইসম, ঙাথেম, কোনসম, লাঙ্গোলজম, তৌরাংবম, লৈতাম, হাযবিবা যুম্নাকশিংসি ওইখি।

আ) **যুনাউরোই যাইমবগী ঈ ঃ** যুনাউরোই যাইমবগী মচা মশুনা মযাংলম্বম, ইঙ্গুদম, হাইরাম, খোইস্নাম, পাঙম্বম, নাউশেকপম, চোংথাম, লৈশাংথেম, মৈনম, নাউব্রোইবম, মাইবম, খাগোকপম, থুমকনবম, কোনসম, চেংলৈবম, নাউশ্রম হাযবিবা যুম্নাকশিং অসি ওইখি।

ই) **কামু অতোনবগী ঈ ঃ** কামু অতোনবগী মচা মশুশিংনা চিংঙাখম, এলাংবম, শরাংথেম, রাইরোকপম, শমোম, চনম, শরোকখাইবম, মাইবথিযাম, খবাইজম, শমনোইবম হাযবিবা যুম্নাকশিং অসি ওইখি। হাযবিবা যুম্নাকশিং অসিগা হাওরোক কোম্প্লেজম অমদি লোক্তোনবম যুম্নাকসিংগসু ঈ তিন্নৈ। মরম অসিনা লৌন-লৈনবা যাদে।

৩) **লোক্তোন অতোনবগী ঈ ঃ** হুইমুলৈমনা পোকপা লোক্তোন অতোনবনা লোক্তোনবম কাঙবু ওইখি। কাঙলুপ অসিগী যুম্নাকশিংদি - লোক্তোনবম, যাঙ্গোইজম, হেমনাম, অখাম হাযরিবা যুম্নাকশিং অসিনি। যুম্নাকশিং অসিগা অতৈ চেংলৈ সলাইগী লোকপা অমদি নুঙঙৌ য়ুমথংবগী চাদা নাউদাশিংদা যেনখিবা যুম্নাকশিংগা লৌন লৈনবা যাদে, ঈ তিন্নৈ।[১০]

**অপোকপা খুরুবা ঃ**

মৈতৈশিংনা মখোয মখোযগী শাগৈ অপোকপশিংবু খুরুমজবগী চৎনবী অমা মমাঙঙৈদগী চৎনদুনা লাকই। মৈতৈ যুকপকি মনুং চল্লিবা শলাই ৭কি মীওইশিংনা মাগী মাগী শলাইগী কাযবা যাদবা নুমিৎ থাবান, পোৎচঙ চৈজঙ শীজিন্নদুনা অপোকপা খুরুম্বগী লাইয়ৌ পাঙ্গথোকনৈ। যৌনিরোল অসিদা যুম্না অপোকপা অমদি সাগৈ অপোকপা হাযদুনা যৌনিরোল মখল অনী খোক্লা খাযদোকুনা লৈ।

যুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা - কনাগুম্বা অমগী যুম অমদি ইংখোলদা খোই শাবা, যুমদা ইমুংদা লৈশৌ শৌবা অমদি কাবা, ইংখোলদা হৌবা লফু, চুজাক অমদি অতৈ হৈপাল লৈপাল কযাদা অগ্রোং অশৌগী খুদম পীরবদি মদুগীদমক অপোকপা খুরুম্নে। অসিগুমবা মখলগী অপোকপা খুরুম্ববু যুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা হায়না খঙনৈ। অদুগা কনাগুম্বনা মচা ধারা পান্দবদগী মচা ধাবা পামজবা, ইনাক কৈরাক খুন্ননবা, চাবা থকপা ব্রাংতনবা অমদি পুন্সি নুংশাংনবা পুন্সি নিবগী পাঙথোক্লবা অপোকপা খুরুম্ববুসু যুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা হাযনা খঙনৈ। মচা ধাবা নিগে হাযবা তারগদি লাংবন থাদা খুরুম্নে। লন-থুম নিজগে হাযরগনা ইঙা থাদা খুরুম্নে অদুগা পুন্সি নিগে হাযবগনা পোযনু থাদা খুরুম্নে।[১১]

শাগে অপোকপা খুরুম্বা - শাগে অপোকপা খুরুম্বা হাযবসিনা শাগে শাগেগী অপোকপদুবু শাগে পুন্না হুপতুনা খুরুম্ববু শাগে অপোকপা খুরুম্বা হাযনা খঙনৈ। শাগে অপোকপা খুরুম্বগীদি শলাই শলাইগী ওইনা অকক্লবা থা, থাবান, পোৎচঙ চৈজঙ তোপ্পা তোপ্পা লৈ। হাযরিবশিং অসি লানবা যাদে। খুদম ওইনা নিংথৌজা শলাইনা ইঙা থাগী ১৫ নি পানবদা শাগে অপোকপা খুরুম্নৈ। অঙোম শলাইগীনা ইঙেন থাগী তরানিথোইনি পানবদা খুরুম্নৈ। লুব্রাং শলাইগীনা ব্রাকচীংগী তবানিথোইনি পানবদা খুরুম্নৈ। খুমন শলাইগীনা শজিবু থাগী তরামঙানি পানবদা খুরুম্নে। খাবা-ঙানবগীনা কালেনগী তরানি পানবদা অপোকপা খুরুম্নে। চেংলৈ শলাইগীনা ফাইরেল থাগী কুনতরুকনি পানবদা শাগে অপোকপা খুরুম্নে। মোইরাং শলাইগীনা লমতা থাগী তবানিথোইনি পানবদা খুরুম্নে।[১২]

**চেংলৈ শলাইগী অপোকপা খুরুম্বগী পোৎচঙ ঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| পোকপা নুমিৎ | - যুমশকৈশা | পোকপা থা | - ফাইরেল |
| থব্রানমিচাক | - লিকথা শাযম্বী | থাবান | - ২৬নি পানবা |
| মতম | - অযুক যুথক অহানবা | নাওরোইবী | - হুইমুলৈমা |
| মচু | - শংনা ব্রাউবা | ঈশিং | - তাক্লখা পাৎ |
| লৈ | - লৈসং, লৈথম | হৈ | - হৈ মনম নাইবা |
| লা | - চংবী লায়াই, ঈথমলা | ঙা | - শরেং মুনা লাংবা |
| থাঙ | - খুম্রোং থাঙ | শীং | - লোংলৈশং |
| মৈ | - মৈথাং ৫রক | নাহাইবা | - নাপী শীংবী[১৩] |

মথক্কি পোৎচঙ চৈজঙশিং অসি চেংলৈ শলাইগী মনুংদা লৈবা শাগে পূন্নমক্না ফংসা অপোকপা অমদি শাগে অপোকপা খুরুম্বা লাইথৌ অনীমক্তা কাযদনা শীজিন্নগনি, লানবা যাদে।

**চেংলৈ শলাইগী গোত্র ঃ**

মৈত্রবাক মণিপুবদা নোংচুপলোমগী লাইনীং লাইশোল মপুং ফানা চৎনবা হৌখিবসি মহাবাজ গবিবনিৱাজনা* পানবা মতমদগীনি। নিংথৌ অসিনা গোপালদাস বৈরাগ্য কৌবা ধর্ম গুরুদগী ইহান হান্না লাইমিং লৌদুনা গৌরিযা লাইনিং চৎপা হৌখি।[৬] মথংদা সিলেৎতগী লাকপা শান্তদাস গোষাই* কৌবা অমবু ধর্ম গুরু হাপতুনা বামান্দি ধর্মদা দিক্ষা লৌখি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লৈবাক অসিগী মমিংসু মণিপুব হাযনা থোনখিবতা নত্তনা মৈতৈগী যেক শলাইশিংগী মমিংবুসু হিন্দুগী মুনিশিংগী মমিংদা ওম্লোক্তুনা যেক শলাইশিংদা গোত্র যেনথোকখি। মহারাজ গবিবনিৱাজগী হাক্তক্তা শান্তদাস গোষাইনা মৈতৈগী শলাইশিংদা যেনখিবা গোত্রশিংদি ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নিংথৌজা | - | শাণ্ডিল্য গোত্র। |
| ২। | অঙোম | - | কৌসিক গোত্র। |
| ৩। | চেংলৈ | - | ভবদ্বাজ গোত্র। |
| ৪। | লুৱাং | - | কাইশ্যপ গোত্র। |
| ৫। | খুমন | - | মধুগল্য গোত্র। |
| ৬। | মোইবাং | - | অত্রয গোত্র। |
| ৭। | ফান্তেক (অঙোম মচেৎ) | - | গৌতম গোত্র।[৭] |

মথক্তা পীবিবা সলাইশিংগী গোত্র অসি মহাবাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী* হাক্তক্তা ইবম্বা মৈহৌববোলগী লাইবিক "শঙ্গাই ফম্মাং" দদি শলাইশিংদা পীবা গোত্র অসি খজিক্তং থেৎনবা উবা ফংঙি। মদুদি ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নিংথৌজা | - | শাণ্ডিল্য গোত্র। |
| ২। | অঙোম | - | কৌসিক গোত্র। |
| ৩। | খুমন | - | মৌদগল্য গোত্র। |
| ৪। | লুৱাং | - | কাশ্যপ গোত্র। |
| ৫। | মোইবাং | - | অঙ্গিবস গোত্র। |

* মহারাজ গরিবনিৱাজ — মৈদিংঙু চরাইরোংবো অমদি নুংখিনচাইবী অনীনা পোকপা, খৃঃ ১৭০৯দগী ১৭৪৮ ফাওবা পানখিবা মৈতে নিংথৌনি। মহাকথক্তা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা হৌখি।
* শান্তদাস গোষাই — মহারাজ গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদা সিলেতকি নরসিংহ তিলাদগী মণিপুরদা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকখিবা মীশকনি।
* মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তি — খৃঃ ১৮৩৪ দগী ১৯৪৪ ফাওবা পানখিবা মণিপুরগী নিংথৌনি।

অসুন্না মৈতৈ যেক শলাইশিংগী মমিংশিংবু হিন্দুগী মুনিশিংগী মমিংদা থোনখিবা মতমদা হোংদোক হোংজিন তৌখিবা মওং অসি যেংলূবগা খঙবা ঙম্বদি মৈতৈগী যেক শলাই মপূং ওইনা শন্দোবকখিবদি শলাই মঙা অসিদগীনি হাযবা তাকই। শাগে ফ্রুরূপ মচা কযামকুম লৈবম্বশিং অসিগী মনুংদা মঙা অসিনা খাইদগী মপূং ওইবা হৌবকফম ওই হাযবসি খঙহল্লি।

মৈতৈগী যেক তরেৎকি মনুং চল্লিবা খাবা-ঙানবা হাযবা শলাই অসিদি মপাঙ্গল কনবা শলাই অমা ওইদ্রে হাযবসি অহানবা গবিবনিৱাজ মহাৱাজগী মতমদা গোত্র যেনবদা যাওবমদবা অসিনা অদুম তাকই। অদুবু মহাৱাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদা অমুক খাবা ঙানবা শলাইবু নমশ্য মুনিগী মমিং পীদুনা নমশ্য গোত্র ওইহনখিবা অসিনা তাক্লিবদি শলাই অসিগী যুম্নাক শাগে মচা মত্ত খরদি অদুমক লৈবি হাযবসি খঙবা ঙম্মি।

**মতেং লৌকম ওইবা লাইরিকশিং**


১। চেংলৈবোল - থূৎই।
২। মথক্কি লাইবিক।
৩। ৱাই বুধিচন্দ্র, লুৱাংলোল খোঙ্গুল, লাঃ ২৬।
৪। মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমি, শাগে সলাইবোল,
১৯৯৪, লাঃ ১১-১৪।
৫। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১০।
৬। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১১।
৭। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১২।
৮। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১৪।
৯। মথক্কি লাইবিক, লাঃ ১৪।
১০। মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমি, শাগে সলাইৱোল, লাঃ ১৪-১৮।
১১। এন, জি, কুলচন্দ্র, অপোকপা থৌনিবোল, ১৯৯২।
১২। নোংলোন সকোক, থূৎই।
১৩। মথক্কি লাইবিক।
১৪। ও, ভোগেশ্বৱ, সনামহী লাইকন, ,১৯৭২, লাঃ ৪৮।
১৫। মথক্কি লাইরিক, লাঃ ৫৯-৬০।

## ৭. চেংলৈ অমসুং খাবা - ঙানবা শলাই অনীগী খেৎনবা

মৈতৈগী শলাই ৭ কি মনুংদা খাবা-ঙানবা হায়রিবা শলাই অসি অহানবা শলাই খাযদ্রিঙে কাঙ্লুপ ওইনা লৈরিঙে খাবা অমসুং ঙানবা হায়দুনা তোংঙান তোংঙানবা কাঙ্লুপ অমমম ওইনা লৈরম্মি। কাঙ্লুপ অনীনা শলাই অমতদা পূনশিনখিবগী মরমদি মণিপুর ইতিহাসকি ইহান হানবা নিংথৌ অমা ওইরিবা খূন্তগী চহী ৩৩ শুবদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা ঈরিল তুরেলগী মরু যাৎলৌ লাইমকোল, লমলেন কোনবিরাগী লমদমদগী হনজিং* চীংমৈ মরম ইন্না কুমলবলগা কংলাদা যস্বাল লেপতুনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবদা খাবনা লান হৌরকপদগী নোংদা লাইরেন পাখংবনা খাবগী মখুত্তা মায়থীদুনা মোইরাংদা চেনদুনা খুনগুমখি। মতম অসিদা খাবনা কংলাদা চঙদুনা কংলৈ মপু ওইনা লৈঙাকতুনা পানখি।

পাখংবনা মোইবাংদা খুনগুমদুনা লৈবিঙে যুনম কৌবী অমা পান্নদুনা মুংযাংচাওবা* অমসুং তাংক্রুমা লূমযিবা মচা অনী পোক্লবা মতুং মোইরাংগী মতেংগা

---

* হনজিং – হৈঙাং চীংগী চীংমৈ অমগী মমিংনি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা ইরিল মরুদগী কংলা তমনা লাকপদা ইরিল তুরেলগী খোংলম ইন্না লাক্লগা হনজিং চীংমৈ ইন্না কুমলতুনা কংলাদা নিংথৌ ওইখিবগী ৱারোল অরিবা লাইরিকশিংদা ইরম্মি।
* মুংয়াং চাওবা – নোংদা লাইরেন পাখংবনা মোইরাংদা খুনগুমদুনা লোৎতুনা লৈরিঙে যুনম কৌবী নুপী অমা লোন্না পান্নদুনা পোকলম্বা মচানি। মুংযাং চাওবনা সোরারেনগী মচানুপী অরাইলেমা পান্নদুনা মাগী ঈনা মুংযাংজম শাগে ওইখি।

লোযননা কংলৈদা লান কারকখি। কংলাগী নুংজেং মপান্দা খাবগা লান শোক্লবদা খাবগী নিংথৌ খ্বাই নুংজেংববু মোইরাংগী চাওবা মেলৈবা সাংতোন সানৌবগী তেন্না থাদুনা হাংখি। খাবা কাঙলুপনা মখোযগী লুচিংবা নিংথৌ খ্বাই নুংজেংবনা শিববদা খাবা পূম্বা কাযদুনা চেন্নখি। খাবা মচেৎ অমদি অঙোমগী অচৌবা পুরেরোম্বগী মফমদা চঙজদুনা কনবিখি। খাবা মচেৎ অমনা মখারোমদা চেনখিদুনা মহৌ লোনতাই ওইনা চীংদা কাদুনা হাও ওইখি। খাবা মচেৎ অমনা অব্রাংলম চেনখিদুনা কৌক্র লৈখাদা খাবা উনলেন ওইখি। খাবা নোংঙানবদি পাখংবগী ফাংখোঙদা চঙজদুনা কনবিখি।[১]

তানফম অসিনা মবম ওইদুনা মতম অমা যান্না খুৎকন পাঙ্গননা কংলৈ লৈপাক মপু ওইনা কংলা চঙদুনা পাল্লমলবা খাবা কাঙলুপনা মবাই চাযথখিদুনা সুপ্নতগী খুবাইজম অমসুং নোংজেংবম হাযবা যুম্নাক অনীথক্তমক ঙাইহৌখি। হান্না খুৎকন পাঙ্গন্না পাল্লম্বা অচৌবা কাঙলুপ অমা ওইনা লৈরল্লগা কাঙলুপ অসিগী মপাঙ্গল শোম্ববক্তুনা মূৎপা যাবগী থাক্তা লাকপদগী কাঙলুপ অসি মূৎখিদনবা হৌরক শাৎলকফম তিন্নবা, ঈ মরী নক্লবা ঙানবা কাঙলুপকা শলাই অমতা ওইনা পূনশিনহন্দুনা খাবা ঙানবা হাযবা শলাই অমা ওইনা লেপতুনা লৈহৌখি। মূৎলমগদৌববা খাবা কাঙলুপপু ঙানবা কাঙলুপকা পূনশিন্নদুনা কনবিহৌখিবগী মতাংদা "পাখংবা লাইহুই" কৌবা লাইবিক্তা লাইস্না হেলোয ৭ না শলাই তবেৎ খোনগৎখিবা মতাংদা পল্লম্বা ব্লাবোলদি "থেবেলোংবম চনু লাংকাম্পিনা কৈ খোনএ, ঙানবা শাৎহৌএ, খাবা মৈমূৎকমথংনএ" হাযবা অসিনা তাকপদি মূৎলমগদৌববা খাববু ঙানবনা কনবিহৌই হাযবনি। অদুগা অমূক "চীৎনু শজিবিনা শজি খোলএ, মোইবাং শাৎহৌএ, খাবা লাংফম চন্নএ" হাযনা ইবম্বা অসিনা পাখংবগা মীচঙ ওইদুনা মোইবাংনা খাবা কাঙলুপপু তাকহনখিবগী ব্লাফম্বু তাকপনি।[২]

খাবা কাঙলুপনা অমুক্তা হেন্না মপাঙ্গল শোম্বখিবগী অচৌবা মবম অমদি মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতুংদা পানখিবা মৈদিংঙু নাউফংবগী (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) হাক্তক্তা মবুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগী হাক্তক্তা থোকখিবা ব্লাফম্বু নীংশিংলুবদা মৈদিংঙু নাউফংবনা খাবা কাঙলুপপু মালেমসিদা থন্নবোই হাযদুনা খাম্বী মৈরা থান্দুনা কোযথি থিদুনা অফংবা মথৈ ঙন্না তুন্না হাংখি। মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদা অযাম্বা তাকপ্রবা খাবনা যুম্নাক অনীথক লেমজহৌববু মৈদিংঙু নাউফংবগী হাক্তক্তা নোংজেংবম যুম্নাকসু মূৎখি। তানফম অসিদগী কাঙলুপ অসিগী যুম্নাক খুরাইজম মথন্দা ঙাযহৌখি।[৩]

অসুন্না খেংখাঙ কয়াদা মৃৎনিং মৃৎনিং তৌরুরবা খাবা কাঙলুপকা ঙানবা কাঙলুপকা পুনশিন্নদুনা খাবা ঙানবা হাযদুনা লেপহৌরবা শলাই অসিগা চেংলৈ হাযবা শলাই অসিগা কযা যান্না খেৎনবগে হাযবসি নৈনদুনা যেংবা যাই। মরমদি হৌজিক হৌজিক চেংলৈ শলাইগী যুমনাক সাগে অযান্বা খাবা ঙানবা শলাইনি হায। মতাং অসিদা হংবা যাবা ৱাহংদি চেংলৈ হাযবা কাঙলুপ অসি মশাগী অশেংবা শক্তম মাঙখিদুনা খাবা ঙানবা শলাইদা লুপশিনখ্রবরা নত্রগা কবন্না মতমদা, করম্না নিংথৌগী হাক্তক্তা চেংলৈ কাঙলুপনা খাবা ঙানবদা লুপশিনখিবগে হায়বা অসিনি। হাযবিবা ৱাফম অসিগী লংলা লংজিন খজিক্তং পীরমলিবা হাযববু "কংলা লৈযাৎ" লাইবিক্তা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগা খাবগা ফম্বাল মুন্নঙৈ খাবনা ঙমদুনা কংলাদা খাবা নুংজেংবনা কংলৈ মপু ওইদুনা পাল্লবদা চেংলৈ অযান্বা খাবগী মীচঙদা লেপতুনা খাবগী লুচিং মখাদা লৈখি। মতম অসিদা চেংলৈ শলাইগী অযান্বা খাবা ঙানবা ওইনা লৈবে। শবাং লৈশাংথেম হাওবোক কোম্বৌজমদি যাওদে।[৪] চেংলৈ কাঙলুপকি লোক্তোনবম কাঙলুপতমক খাবা-ঙানবদা পুনশিনখিদুনা খাবা-ঙানবা ওইনা লৈখি। মতাং অসিদা নৈনদুনা যেংবা যারিবা ৱাফমদি চেংলৈ হাযবা শলাই অসিগী মনুং চল্লিবা কাঙলুপশিংদি হুইমুলৈমনা পোকপা লোকপা, নুঙঙৌ যুমথংবা অমদি লোক্তোন অতোনবা অহুমদগী ওইখিবা হাওরোক কোম্বৌ, সরাং-লৈশাংথেম অমদি লোক্তোনবম অহুম অসিনি। অহুম অসিগী মনুংদা লোক্তোনবমগী কাঙবুনা খাবা-ঙানবদা পুনশিনখ্রবসু হাওবোক কোম্বৌ অমসুং শবাং লৈশাংথেম অনী অসি খাবা ঙানবা ওইনা লৈবদা যাওবমদবনা লোক্তোনবম মথন্তা খাবা-ঙানবদা তিনশিনখি হাযবা মশানা তাবনি।

লাইরিক অসিদা অমুক "খাবা শলাইগী খাবা লাংথংচা অসিদি মাইবনি, ফৈদানি, পাম্বোইবীগা লোযনরগা নুপী ওই, খাবী কৌই। নুপা নুপী সাইওনবনি। মাগী লাংওন নিপা অমনা চীংজেং নারল পাঙ্গনবা কৌএ। মাগী ঈদি চেংলৈনি। মরম অসিনা খাবগী মীচংদা লৈবনি। খাবা লাংথংচাগী লাংওল পাঙ্গনবা ওই।"[৫] মতাংসিদা অমুক মখা তানা নৈনদুনা যেংবা যারিবা ৱাফমদি খাবা লাংথংচা কনানো হাযবসিনি। খাবগী মৈহৌবরোন্দা খাবা লাংথংচা অসি পল্লম্বা খেংনদে। মহাক্তি পোইরেতোনগা লোযননা লমদম অসিদা খুম্বোকমিন্নরকখিবা মীশকনি হাযবসি পোইরেতোন খুম্বোকপা, লৈথক লৈখারোল, নিংথৌরোল লম্বুবা হায়রিবা লাইরিকশিংদগী খঙবা ঙম্মি। পোইরেতোন খুম্বোকপা কৌবা লাইরিক্তা খাবা লাংথংচাগী মরমদা ইরম্বা ৱারোলদি -

"লমলেন মদাইমা লোইবী খুনুংশেও কৌবদি চীংখোঙ পোইবেতোন্না মপাবি খাইনা যাম মমোম তোক্না হুবক্লবগীদমক চীংখোং পোইরেতোন মমাইবা খাবা লাংথংচানা খুনুং পাউতাকএ। যাইথোং শাহুল্লে, হাওশি মংথিল্লে, ৱাংলেন পুংহৌএ, যাইথোঙ নানম শকএ। অদু নোংগী লোইবী খুনুংশেও তৌনা কৌএ।"[৬]

অদুগা খাবা লাংথংচা অসি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা লৈরম্বা মীশকনি হায়বশি "নিংথৌরোল লম্বুবা" কৌবা লাইরিক্তা ৱারোল খরা পীবম্বা অসিনসু তাকই। মদুদি ঃ-

"নযু তুবী যোইনোংদা নোংদা লাইবেল পাখংবগী মমাইবা কোন্দে নাকথং মাইগা লৈনুং খাবা লাংথংচাগা অনীমক্লা পোইবে শিকুম্বা ৱাংঙম শৱা তানববু তোযখিগনে হাযবগী যোৎপী লুবোই থা, কাপতু লৈখে লেংনা থমনুং লৈথোং থিংবা লম।"[৭]

মতাং অসিদা ঐখোযনা মখা তানা নৈনদুনা যেংবা যারিবা ৱাফমদি খাবা লাংথংচাগী লাংওন ওই হাযবিবা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবদি মৈদীংঙু নাউখম্বগী মতমদা (খৃঃ ৪১১-৫২৮) লৈরম্বনি। অদুগা খাবা লাংথংচাদি নোংদা লাইবেল পাখংবনা পানবা মতমদা (খৃঃ ৩৩-১৫৩) লৈবম্বা মীশক ওইবনা চাউবাক্না চহী ৪০০ বোমগী চাং খেৎনবা লৈ। মবম অসিনা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা খাবা লাংথংচাগী লাংওল ওইবনা চেংলৈ শলাইনা খাবগী মীচঙদা লৈ, চেংলৈ অযাম্বা খাবা ওইনা লৈ হাযবসি মবম চাবা ৱাৎলি।

অমবোমদা চেংলৈ শলাই অসি মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতম ফাওবদি কবিমত্তা অহোংবা লৈতনা চেংলৈ ওইদুনা অদুম লাকই হাযবসি চৈথাবোল কুম্বাবদগী যান্না লাযনা খঙবা ঙম্মি। মসিগী খুদমদি –

"অপুজাম্বা কুলগী কুম শক ১৭৯৭ হিযাঙ্গৈ থা ১৮ নি লৈপাকপোকপদা লাইবিকযেংবা পুংযাল মযুমগী উধোপ হীদংনচিংবা মাইবা শঙলেন্দা লাওযে। চনম্বা থাবল চেংলৈগী কাঙলুপ অসি অনিমান গোত্র শোল্লম্বনা গৌতুমনি হাযরে হাযববদা মচা ইবুংঙো ইবুংশি মন্ত্রি চিংঙাখম্বা পুখ্রম্বা

২ মনচিংনা মাইবা শঙলেন্দা মাইবা পাঞ্জি অনিমক্তা থম্বা লাইবিক কুম্বাবা অনীমক ফাক্তুনা যেংবদা অনিমান্দগী গৌতুম ওইখ্রে হায়নরমএ। ম্না পুযাদসু ওল্লমএ হায়দুনা পুংযালমযুম উধোপ হিদংনা চুমএ। চনম থাবল চেংলৈগী কাঙলুপ্তি ৱাকোংএ।''৮

''মসিদা নত্তনা মখা তানা অমুকসু ইরমলিবা ৱারোলদি - কাংহুজাম্বা খেমাগী কুম শক ১৭৯৮, কালেন থা ১৮ নি শগোলশেন্দা তোংব্রম হৈনৌখোঙনেম্বী তাবা হেমামনিক চেংলৈ শলাইদা লেপ্তুনা লৈরিববু তোংব্রম থুরায তাবা নহারুপলাকপগী মশু খুবাযলাকপনা ঐনা অহনলনি হায়দুনা শ্রীযুৎ মাঙদা তৌনরবদা শ্রীযুৎ সনা যাথং চেংলৈ শলাই থাংজম মুৎথ্রদুনা থিঙ্গুজাম্বা চক্রপানিগী কুম শক ১৭৮১ দা সনা দববাবদা নপু তোমা নহাকপ লাকপগা সত্যনন্দ সুবিদারগা ২ মা তৌনবদা সত্যনন্দনা চুমখ্রে, নপু তুজোমদি লংমাইদগী লাকপনে অদুনা হেমামনিক্ল চুমএ হায়দুনা লোইখিএ।''৯

হায়রিবা মথক্কি ৱারোলশিং অসিনা তাকলিবদি চেংলৈ শলাই অসি মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী হাক্তক ফাওবদি মশাগী শলাইগী শক্তম মাঙদনা চেংলৈ ওইনা অদুম লৈরি হাযবা তাকই। চেংলৈ শলাইগী যুম্নাকশিং অযাম্বা খাবা-ঙানবা শলাইনি হায়রিবশিংশি মহাবাজ চন্দ্রকির্ত্তিগী হাক্তক ফাওবা চেংলৈ ওইনা অদুম লৈরম্না নিংথৌ অসিগী মখা তারকপদা পানখিবা নিংথৌশিং মহারাজ সূরচন্দ্র*, কুলচন্দ্র*, চূড়াচান্দ* অমসুং বোধচন্দ্র* হাযরিবা নিংথৌসিং অসিগী মনুংদা করম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা চেংলৈ শলাইবু খাবা ঙানবা ওইহনখিবগে হাযবগী চপচাবা অকরবা ৱারোল অমত্তা ফংবা ঙমদে। চেংলৈবু খাবা-ঙানবা শলাইদা পুনশিনখ্রে হায়বসিগী চপচাবা লংলা লংজিন ফংবা ঙমদবনা চেংলৈ শলাইগী যুম্নাক পুন্নমক চেংলৈ ওইনা অদুমক লৈফম থোকই।

---

* সূরচন্দ্র – মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিনা পোক্লম্বা, খৃঃ ১৮৬৬ তগী ১৮৯০ ফাওবা পাল্লম্বা মণিপুরগী নিংথৌনি। মমা তিন্নদবা মচীন মনাওশিংগী মরক্তা মত তিন্নরত্তবদগী নাকপাক তানরক্তুনা অহিং অমগী কোনুং মনুংগী লানহৈদা মাযথীদুনা নিংথৌ খুভম থাদোক্লগা মণিপুরগী ৱাংমদা চেনখি।

* কুলচন্দ্র – মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তিনা পোকলম্বা খৃঃ ১৮৯০দগী খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা চাউরাক্লা চহী অমরোমতমক নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা মীশকনি। মহাকথক্তা মৈতৈনা বৃটিশ মঙা হাৎলুবগী ৱাহৈনা বৃটিশনা মণিপুরদা লান্দাবক্তুনা মণিপুর মাযথীবদগী বৃটিশকী মখা পোনখি।

* চূড়াচান্দ – খৃঃ ১৮৯১দা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবদা অঙাং ওইনা বৃটিশনা নিংথৌ ওইহনখিবা মীশকনি।

* বোধচন্দ্র – মহারাজ চূড়াচান্দনা পোকপা মচানিপা অহনলনি। খৃঃ ১৯৪১দগী ১৯৫৫ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

**চেংলৈ অমদি থাবা-ঙানবগী মৈয়োবরোলদা থেংনবা ঃ**

চেংলৈ অমসুং থাবা-ঙানবা শলাই অনী অসি লৈঙাকলোনগী মরীদা যান্না নক্কজরবসু হৌরক শাংলকফম তিন্নদবা তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপশিংনি। কাঙলুপ অনী অসিগী তোংঙান তোংঙানবা পারি পুবিগী মৈয়োবরোল তোপ্পা তোপ্পা লৈনে। মখোযগী মৈয়োবরোল নৈনরগা কাঙলুপ অনী অসি পকসিন তিনশিন্নবা যাদবা কাঙলুপশিংনি হাযবা লাযনা খঙবা ঙমগনি।

**(ক) চেংলৈ শলাইগী মৈয়োবরোল ঃ**

সুমলৈমনা নুংকাবেং নোংদমশাংবগা তনৌ তবেংবগা অনী পোকই। তনৌ তবেংবদি খুযোম্নেমগী পুকোকনি। নুংকাবেং নোংদমশাংবনা থাঙব্রাইবী পান্নদুনা হাহা পোকই। হাহানা লিবিলৈমা পান্নদুনা কোংঙা পোকই। কোংঙানা নুংমু নুংঙৌলৈমা সনা নুংফান তোংফবী পান্নবগা পাখং যোইবেনবগা থাবোং লোইবেনবগা অনী পোকই। থাবোং লোইবেনবনা লিবিলৈমা পান্নদুনা খুমখুম হাহা পোকই। খুমখুম হাহানা খুমখুমলৈমা পান্নদুনা ব্রান পোকই। হুইমুলৈমনা নুংঙৌ যিমথংবা, লমলেকসাং হাও ওইবা, মনাও থেংকোইবা অমদি লোক্তোন অতোনবা পোকই। লমলেকসাংদি কবুই হাও ওইখ্রে। তোনবা থেংকোইবনা (লোকপা) হাওবোক কোম্মৌ ওইখি। নুঙঙৌ যিমথংবনা লৈসাংথেম ওইখি। লোক্তোন অতোনবনা লোক্তোনবম ওইখি। নুঙঙৌ যিমথংবনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা যুচিকলৈ পোকই। যুচিকলৈনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা যুকাংকৌ পোকই। যুকাংকৌনা মেনু (নোংমোইনু) পান্নদুনা সবাতোন পোকই। সবাতোন্না মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা সবাপুকতাঙ পোকই। সবাপুকতাঙনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা সবাঙানৈ পোকই। সবাঙানৈনা মঙাংনিংথৌ চনু পান্নদুনা খোংচি নুংলাইবা (থাঙযি খোংজ্রোম্বা) পোকই। খোংচি নুংলাইবনা যাওবৈবা চনু পান্নবগা নাউফং অহনবা পোকই। চেংলৈবম ওইখি। পেনু লৈমবেল পান্নবগা চীংজেং নাবল পাঙ্গনবগা থাঙযি তাউবুং খোংদৌবগা অনী পোকই। চীংজেং নাবল পাঙ্গনবনা থোংনাং ফৈদ্রিখোংনাংগী মচানুপী লৈরি লৈসংথোম্বী পান্নরগা থৈবোংগা মোনথৈগা পোকই। থৈবোংদি সোইনাইদে। মোনথৈনা অঙোম চনু পান্নদুনা লুকোকনে মোনথৌনে ২মা পোকই পোৎশঙবম ওই। থাঙযি তাউবুং খোংদৌবনা লব্রাই মানসরীকক্কা লুব্রাংখুবা চনু ইরেম তোইবীলৈমগা ২ মা পান্নদুনা লব্রাই

